# লাক্লো ঐখোয় পূল্লসি



এস, ভানুমতি দেবী

# লাক্লো ঐখোয় পূল্লসি

এস, ভানুমতি দেবী



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

Laklo Eikhoi Pullasi

A collection of 70 poems by S. Bhanumati Devi, Published by Laishram Dhabalo Singh on behalf of Writers' Forum, Imphal, Rupmahal Tank, B.T. Road, Imphal in 2006

অফোঙবা : লাইশ্রম ধবলো সিংহনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক ফোঙজবা

অহানবা ফোঙবা : নবেম্বর, ২০০৬



মখূম : বি এস রাজকুমার অমসুং ইমোজীৎ

মমল : লূপা ৮০/-

নম্ফম : প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিবিজন, রাইটর্স ফোরম ইম্ফালদা শ্রী৫৫০ দা টাইপসেট্টিং তৌরগা কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোড, ইম্ফাল-- ৭৯৫ ০০১ দা নম্বা

*শৈরেং লাইরিক*
*অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি*
*থিজিন-হৃমজিনবা অমদি নৈনবগী ওইনা*
*শীজিন্নবা নত্তনা ফোটোকোপী ওইনা নংত্রগা অতৈ মওং*
*অমত্তদা হৌজিক লৈরিবা মখূম অসি নত্তবা মওংদা শৈরেং মচেং ওইনা*
*নংত্রগা মপূম ওইনা থমজিনবা নংত্রগা শীজিন্নবা*
*য়ারোই। তঙায়ফদ্রবদি অইবীগী নংত্রগা*
*অফোঙবদগী অইবা ওইনা*
*অয়াবা লৌবিগদবনি।*

ISBN 81-89101-13-7

হে শান্তি লাইরেম্বী ইমা!
নুংশিববু য়েল্লিবী!
তপথদ্রবা নচাশিংবু
শান্তি ঈরীক শ্বীকপিনবা
কৎচরি নচাগী শৈরোলসে
লাইরিক অসি কথোকচরি
‘লাক্লো ঐখোয় পূল্লসি’

# অইবীগী ৱারোল

পুন্সিদা হেক খোঙদাজরক্তুনা জ্ঞান তজরকপদগী হৌনা ঐবু পোকপা পাবুংনা তাকপিখি, "ঈশ্বরনা মীওইববু শেম্বিবনি অদুগা জীব অতৈদা য়াওদবা লৌশিং, জ্ঞানসু মীওইবা হায়বা জীবখক্তদা হাপ্পিবনি।" অসিতসু নত্তে পাবুংনা লাইগী ৱারী মখল কয়া ভক্ত প্রহ্লাদ, ধ্রুব, শ্রবণ্ কুমার, নিংথৌ হরিশ্চন্দ্র, পরশুরামনচিংবগী ৱারী মশীং থীঙমদনা লীবিখি। অদুগা ঐগী খুড়াতোন্নসু মাবু ফুরি শীকহল্লগা নিত্তিগী সন্ধ্যা মতুংদা মহাভারতকী ৱারী পূম্বা অমত্তা চিংথদনা লীবি। অসিগা চপ মান্ননা রামায়ণসু লীবি। ঐনা পাণ্ডব মচীন-মনাও মঙানা চহী ১২বন্দা চংখিবদা মমা কুন্তিনা চনীংঙাই লৈতদুনা হূইদ্রু শিংলগা চাদুনা লেনখিবগী মতাং, শ্রীকৃষ্ণবু মতম চূপ্পদা কৌ কৌদুনা কপখিবগী মতাংদা লোন্না লোন্না পি তৈথোক্লগা তাখি। ইশামক মহাভারত লান অদু উবগুম তৌখি। ইখুড়ানা লীবিবা ৱারীদুদগী মমা হায়বসিনা মচানা গর্ভদা লৈরিঙৈদা অফবা ৱাখল খল্লগা, অফবা থবক তৌরগা অঙাংদু অফবা ওই হায়বা ৱাফমসি খঙজখি। মহাভারত লান হৌদ্রিঙৈগী মতাংদা অর্জুন্না চক্রব্যূহ চঙবগী ৱারী শাবা মতমদা মশা লূপ্লবী সুভদ্রানা তাকপিবা পূম্বা লোয়না খঙজিলহৌই, অদুবু ৱাবদগী তূমথখিদুনা 'চক্রব্যূহ' থোরকপগী মন্ত্রদি তাহৌদ্রে। অদুগা মরী লৈননা চংথরকপদা অভিমন্যুনা চক্রব্যূহদগী থোরকপা ঙমদদুনা য়েক্লবগী খূৎতা শিখিবনচিংবা ময়ামসি থৱায় তানা, কপ্পা কপ্পা তাজখি। তশেংনমক হায়রবদা ইশামকসি ঐবু পোকপা ইপানা ঐগী লমচং-শাজং পূম্বা লোইনা শেম্বিবনি হায়বা য়াই। পাবুংগী ৱাখল্লোন য়াম্না ৱাংঙি। নুংশিবা, কংথোকপা, অচুম্বা চংপা, অচুম্বা ঙাঙবা হায়বসিনা মাগী অমত্তা ঙায়রবা নীংজবনি।

অসিগুম্বা ইপাগী কূপ্লবা, ফজরবা ৱাখল্লোন ময়ামসি ইশা না-য়েক্লিঙৈদদি খরবু কাউথোক্লুই। শাথীবা লায়না অমনা খুবামুংদা চিংশিল্লক্লবা মতাংগী মীকূপ কয়াদা নীংশিংলকখি। হন্দক ফোঙলিবা শৈরেংশিং অয়াম্বদি ঐনা ফোঙগে খল্লুদনা তোঙানবা অমনবা ফাইলদা থমখ্রবনা অয়াম্বনি। শৈরেংশিং অসি চহী তরা কুনগী মমাঙদা ইখিবনা অয়াম্বনি। লাক্লো ঐখোয় পূল্লসি হায়রিবা শৈরেংসিসু খৃ: কুম ১৯৯২ দা ইখিবনি। ময়ামসি নৌনা খোমজিন্নিঙলুবগী মরমসু লৈ। শক ২০০২গী মার্চকী তাং ২গী নোংঙাল্লমদাইদা থম্মোয়গী লায়না নারকপদগী জ্ঞান তাদনা 'রিম্‌স' হোসপিতালদা পুখংতুনা আই, সি, য়ুদা চয়োলমুক হেন্না থমখি। মফমদুদা ডাক্তর অমখক্লা হৌজিকী মতমগী চাওখং-খোঙথাংদা অপনবগী অপনবঙাক পীরিবগী ৱারী হায়বদি রিমস হোসপিতাল অসি ইন্টরনেসনেল হোসপিতাল ওইবা য়ারবা ফাওবদা শেমগৎ শাগৎপদা অপনবঙাক পীদুনা ঙমদবগী ৱারী কয়া লীবিরম্মী। ঐহাক হকচাং অদুক য়াম্না শোল্লবসু,

ব্রাজরবসু মাগী ব্বারীদুনা অকনবা ইনীংবগী শাফু অমা কননা পীখি হায়জনিঙঙি। ঐগী ডোক্তরনদি অৰাবা ব্রাখল খনবা য়াদে অনাবা হংবা লাকপা মীসু অহুম শুবসু য়াদে হায়। অদুনা ডোক্তর রাউণ্ড হেক লোইখিবগী মতাং অমদা ঐগী মোন মনাক্তগী ডাইরি কলম পীরকউ হায়দুনা য়াম্না ৱানা 'ড্রাকুলাগী লৈবাক' হায়বা শৈরেং অসি ইখি। খুৎ অসি নীক্তুনা য়াম্না ৱানা ইখি। ঐগী ইপানা ঙাইহাক লৈতনা তাকপিখিবা 'নুংশিবা' হায়বা অসিমদি নীংশিংদুনতা লৈ। অদুক ঙমদ্রবা অদুদসু মীওইবনা মীওইববু মরম চাদনা অসুক শক্তি উৎনরিবসিবু করিগীনো হায়বসিদা নুঙাইখিদে নুমিৎতুগী অহিংদুমক্তদা ঐ স্বর হোনবা ঙম্লক্তবদগী ডোক্তর, নর্স কয়া তুম্নখিদে, হীদাক কাপ্তুনা লাক্লখি। ঐসু য়াম্না ৱাখি। অদুবু কনামতনা খঙখিদে ঐনা করি তৌখিবা হায়বদুমদি।

নুমিৎ নীনিগী মতুংদা ঐবু 'মণিপুরদা য়েংবা খুদোং চাররোই অপাম্বা মফমদা চৎলগা য়েংলো' হায়দুনা মার্চকী তাং ২৭তা সি এম সি হোসপিতাল ভেলোরদা থাবিরে। ঐনা হান্নরা শিন্নরম্মী ইচলনুপীদা 'ড্রাকুলাগী লৈবাক' হায়বা শৈরেংদু পোক্লফমদা হাপ্লগা ককতুনা ফাইলদা হাপ্লনবা। মী পূম্নমক্তি ঐদি হল্লক্লরোই খল্লমাল্লে পঙকপ্ত। কম্লি অদুবু ঐদি শিবগী ৱা করিসু খল্লুদে। রিমসতা ইরিবা শৈরেংসিগা অতোপ্পা অরিবা খন্দোক্তুনা থমখিবশিংদুগা পূন্না ফোঙগে খঞ্জখি। ঈশ্বরনা থৌজানবিদুনা শাথী শাথীখ্রবা থৌদোক কোঙ্গাই থেংনরবসু অহিংবা হায়বদুমদি ওইহনবিদুনা জুলাই থাদা ইরমদমসিদা হল্লকখি। লাইরিক ফোঙবা কাউবা লৈতে অদুবু অনাবগী হীদাক ফাওবা লৈবা ঙমদবদা করম্না লাইরিক ফোঙগনি। শেল লৈতবনিনা অদুম তাদুনা চহী মরি মঙাদি থম্লুরে। অদুবু শিবু শিদ্রবদি ঙসিদি ঐগী পূক্নীংগী ফোঙজনীংবা ব্রাখল ফোঙদোকচবগী মতম য়ৌরকলে। অমুক্তসু পনজনীংঙি 'পৃথিবী অসে নুংশিবদগী ওইরকপনি। মসিনা ঙসি ফাওবা হিংলিবসি নুংশিবগী কুয়োম্লুংদনি। মসিগী অরোইবসু নুংশিবদা তিনখিগদবনি। মালেমগী হিংবগী শক্তি পীরিবদি নুংশিবতননি। নুংশিবা হায়বসি থম্মোয়গা থম্মোয়গা, আত্মাগা আত্মাগা পূনশিনবা ঙম্বা লীচিং অমনি। নুংশিবা হায়বসি শেমগৎ-শাগৎপনি, হিংহনবনি, পূম্নমকপু পুনশিনবনি।' মসিগী ব্রাখল্লোনসিদগী শৈরেং লাইরিক অসি পুথোকচবনি।

ঐগী লৈচল চাদ্রবা পরেংশিংসিদা অশোয়-অঙাম্বা য়াওরম্বা কয়া, বনান্নচিংবা কয়াবু মমল য়াম্লবা মতম কাইথোকপীদুনা শেমজিন-শাজিনবীদুনা, হন্না হন্না পাবিদুনা চেনবী-চোংবীদুনা মীয়ামগী মমাঙদা লান্থোকপা য়ানবা হোৎনবিখিবা ইচিন-ইনাওশিং-- রাজকুমার ব্রজেন্দ্র, শ্রী ব্রজেশ্বর শর্ম্মনচিংবা কয়াবু নোল্লুক্লা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অরোইবদা অমুক্তসু হন্না ৱাবিখিবা, ইতেং পাঙবীখিবা পূম্ববু থাগৎচরি।

ইম্ফাল, ওক্টোবর ২০, ২০০৬ — এস, ভানুমতি দেবী

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল খৃষ্ট কুম ১৯৮৮দা লিংখৎখিবা সাহিত্য অকাদমী, নিয়ু দিল্লীনা শকখঙলবা লেমজনিংঙাই ওইরবা, মপুং-মরৈ ফারবা সাহিত্যগী সংস্থান অমা হায়বদু ঙসিদি ওইরে। মসি পুম্নমকসি সাহিত্যবু নুংশিবিবদগীনি হায়বসি ঐখোয়গী অচেৎপা থাজবনি। অইবশিংনা লাইরিক ইরগা ফোঙবদি ঙমদবা, পৈশাগী খুদোংচাদবা অমদি লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোৎনবদা চঙবা মচাকশিং অদুগী মপুং ফাবা জ্ঞান লৈতবা মরম কয়া অসি ঐখোয়না থেংনৈ। ঙসিদি রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা মেম্বরশিং অমদি খোয়দাবিবা খুদিংমক্কী তেংবাংবা ঙম্নবগী ৱাখলগা লোয়নননা ফোরম অসিগী মশাগী প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিবিজন অমসু হাংদোকচরে। মসিনা ঙসি-ঙসিমক অইবশিংনা মায়োক্লরিবা খুদোংচাদবা কয়া অসি খরমখৈদি কোকহনবা ঙম্লগনি হায়বসি ঐখোয়গী অচেৎপা থাজবনি।

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল লাইরিক ফোঙবখক্তা নত্তনা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা যুম্ফম ওইবা 'সাহিত্যগী পার্ড' মিংথোনবা থা ৩/৩ গী চেফোঙ অমসু চাং নাইনা পুথোকলি। লোয়নননা মতম-মতমগা চানবা সেমিনার, সিম্পোজিয়ম, ৱাকশোপ, ইন্টরেকসন সেসননচিংবা থৌরম কয়াসু লেপ্তুনা পাঙথোকলি। ঙসি ঐখোয়না অঙম্বা সেবা খরা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মফমদা তৌবা ঙমজরিবসি ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা মেম্বরশিং অমদি ইরোলবু নুংশিবিবা মীওই খুদিংমক্কী মতেংননি হায়বসি ঐখোয়গী থাজবনি।

শ্রীমতি সঞ্জেনবম ভানুমতি দেবী থোইদোক্লা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা খুৎ থারিবী লৈবাক্লা শকখঙনরবা অইবীনি; কবয়িত্রী অসিগী **খোঞ্জেলসিবু নঙগীরা, কল্লবা ঈরৈ অমদা অসুম-অসুম, অরোইবা ৱাহং** মথং-মথং পুথোকপিখ্রবা মতুংসিদা হন্দক রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা পুথোকচরিবা **লাক্লো ঐখোয় পুল্লসি** ৮৭ শুবা শৈরেংগী লাইরিক অসি নোল্লুক্লা মীয়ামগী মফমদা পাবিনবা অমদি নৈনবিনবা খুৎশিন্নজরি।

ইম্ফাল
সেপ্তেম্বর, ৩০, ২০০৬

**সি ব্রজেশ্বর শর্মা**
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

## য়াওরিবশিং

# নিজবা

হে ফজথোইবা! হে নুংশিথোইবা!
নঙোন্দগী নংত্রনে পূম্নমক অসে
পুন্সিগী ব্রাখল, পুন্সিগী আশা
পামজবনা য়াম, নীংজবনা হেন
পাঙথোকপদি ঙমজদা, হিংলিদো অমম্বদা।
থৌজালদুতা নিজরি, নয়াথংতা ইন'ঙম্বা
লৈনম চেনবা লৈরাংগী, লৈয়োন্নুংদা লোৎলম্বা
লৈহীনা অমৃত ওইনবু, তাইবঙদা কান্নবা পীরম্বা;
উহে় পী'ঙম্বা পামেলগী, মরূনুংদা লোৎলম্বা
লোইনাইদ্রবা চার কয়ানা, মালেম শীন্না শন্দোকপা
শকউদবা নহাক্না, পাউখোং ওইনা উৎপীরি।
বিষয় মায়াদা লৃপ্তুনা, মতম কয়া লেল্লুরে,
অদুম অদুম ওইনমক, ঙসিদি মীকপ থোকহল্লে
তাইবঙ থম্মোয়দা লোৎলম্বা—
অচুম্বই মশক মওংবু, মঙাল ওইনা পীনরে।
অচুম্বনা মঙাল লাংলবা, মক্তুবা নুংশি শৈরোলনা
মশা খপ্না পাইথোরক্লে, তাইবঙ থম্মোয় য়াকায়রক্লে,
চিংথোকপিরো অমত'খাকত ঙসিদি
অচুম্বগী মশক্তম, থম্মোয় থম্মোয় খূদিংদৈ।
ঙমহনবীরো পাঙথোকপা, তাইবঙ ওইবই ইথৌদাং
অচুম্বা, নুংশিবা অনীগী, লংলানা পুনবা মালেমদো
শেমজবদো, শাজবদো, পূনশিনবদো তিন্নবদো
নুংশিবা লৈনমলক্তা, লূপমিন্নবদো শান্নমিন্নবদো

অমতনি খল্লুবদো, অপূনবগী ফজবদো
ফংহনবীয়ু নিজরি, শকউদবা ইবুঙো!!

তাং ১০/৩/২০০১

## নাব্রাগী খোল্লাউ

পলেম ইমানা পোকপীরে
পন্থৌ য়াওনা য়োকপীরে
মালেম লৈকোলগী ফজবা
ইমিৎসিনা উজরে।
লৈকোল লৈরাং লৈনম্মা
নাব্রা থম্মোয়সু হূবীরে,
লেঙলি পাল্লি পূম্বগী
নীংথিবসু উজরে,
মশীং লাকঙমদ্র' জীবগী
তৌফম থোকপা থৌদাংসু
অমত্ত ব্রাৎত' লৈরম্লে
মপুগী গুণসু খঙজরে।
অদুবু ঐনা ঙকপদি
থম্মোয় শোক্লা ব্রাবদি
পলেম পন্থৌনা তাকপিবা
ওঝা গুরুনা তম্বিবা
'মীওইবা ওইনা পোক্ল'দি
জীব পূম্বা নুংশিয়ু
ঐগী মীগী খায়দনা
থৌজাল ঈরা শীকপিয়ু
অমত্তনি খল্লুদো
ঐখোয় ঈচীল ঈনাওনি।'
পীক্লিবা নাব্রা ঐখোয়দি

ব্রাহৈশিংসি কাউজদে।
অদুম অদুম ওইনমক
হৌজিক কালগী মতমদি
মীহাৎ মীপুন তোয়রেদো
মাঙহনবতা পামলেদো।
মীনুংশিসু মাঙখরে
তৌবিমলসু খঙদরে,
মশাগীতা খনবদা
অফববু উদরে।
মহাত্মা কয়ানা তাকপিবা
অমতা ওইনবা খূৎলাইসু
অফ ফত্ত খন্দনা
মরু ফংনা মাঙহল্লে।
মীতৈ শহীদ অথোইবা
ইরাবতনা পামজবা
একতাগী মশকসু
অরেম্বদা তাহল্লে।
অফবা কৌবা পূম্বদগী
অফবা অমতা লৌবিদ্রে
মীহিংচাগী মশক লৌ
হিংচা য়াইতম মতৌতম
ফত্তবা পূম্বদই ফৎত্রবা
লমচৎ শাজৎ খোমজিল্লে,
উহৈদবা উরকলে
তাহৈদবা তারকলে
য়েংহৈদবা য়েংনরে
চাহৈদবা চানরে।
হা পলেম অপোকপী
পম্থৌ ইপা ইবুঙো
লম্বী লমজিংবিরিবা
ঐগী গুরু অথোইবা!

অসিগুম্বা মতম অসিদা
 পীক্লিবা নাব্বা ঐখোয়না
করম্বা লম্বীদা চৎকদবা
 লম্বী লমজিংবিররো।
মালেম মীয়াম্মা হায়নরি
 'মালেম শেম্বা গুম্বনি।'
লম্বীদি শুক্লা মল্লক্লে
 অমোৎপনা থল্লকলে
মালেম মীয়াম পূম্বনা
 অমুক্তা লম্বী তাকপিয়ু
মালেমগী মফম খূদিংগী
 ফজথোইবা পূম্বদো
শীনবা থুংনা উজগে
 পীনবিয়ু অমুক্তা
 নিজরিদা নচানা
মালেমগী অঙাং ঐখোয়নি
 চাউথোকচগে অমুক্তা।

তাং ২৬/১১/২০০১

# ড্রাকুলাগী লৈবাক

মপুনা পীবিবা শিনফম পুদুনা
　　পলেমগী শিয়োম্মুংদগী
　　খূদূম শীংনা লাক্লি নাৱানা,
মায়াগী ইনিলনা য়েবদা থম্মোয়দা
　　হরাউ-তয়ামজৈ পলেম পম্থৌ
　　পারি লাকলে ইমোম লৈরে
　　　　তুংগী আশা শাগৎচৈ।
অদুবু ইমা ইরমদম!
　　চহী কুমজা খরই তুংদদি নাৱাদু
　　মথন্তই মখোঙনা চৎচবা ঙম্লক্ত্রে
　　মথন্তই মকোক্লা খনজবা ফংলক্ত্রে
　　　　ড্রাকুলাগী খূদম ঙাক্তা ঙাইরে।
হূ চেনবা কোকঙাক্তা ওইরে
　　অফ-ফত্ত অচুম অরানগী ৱাখল
　　য়াওরক্ত্রে অসুম নোংম-নোংমগী।
কোয়চৎ চৎলি মালেম থুংনা
　　মীগী ঈ থকপা
　　মীঙোন্দা হূ য়েনবা
　　মী পূম্বা ড্রাকুলা ওলহনবা।
নুংশিবতনা তাশীন্দুনা শেম্লবা মীওইবা
নুংশিবদুমক্লা চহী চা কয়া হিংমিন্নরক্লিবা
　　কদায়দা চৎগ্রে নুংশিবদো
　　কদোমদা লৈগ্রে কৎথোকপদো?

খয়াৎশিং ফাকতোক্লগা য়োৎ নমশিনগনি
হায়গনি, 'ঐনা পাল্লিবসি নঙসু পাম্মু'—
য়াদ্রগা চীক্কনি চৌরবা ময়ানা
তনৌরিবা খৌরী চরমশিংদা।
চৎনীংবা মায়কৈ থিংগনি
অপাম্বা পূম্বা তৌহল্লোই
কুমজা কয়াগী হুমাংমলগী মহে
চাজবা ফংহন্দ' লোইশিনবিনি পুন্সি।
ঐগী ইমা! নুংশিবী ইরমদম!
উরিবা নৎত্রনে অপোকপী নহাকসু
করি তৌসিগে তাকপিয়ু পাম্বে।
প্রকৃতি পুরুষ লৈত্রসনু
নিপা নুপী খায়দ্রসনু
ধারা মরী তৎলসনু।
তুংগী আশা উদ্রবা
স্বর চনীং তাদ্রবা
হিংবগী অর্থ লৈত্রবা
চাওখৎপগী মমি উদ্রবা
মালেমদগী তোঙান তারবা
মাঙখ্রসনু মাঙখ্রসনু
মাঙখ্রসনু অপোকপী
ড্রাকুলাগী কাঙলূপসে
মাঙখ্রসনু মরু ফংনা
মাঙখ্রসনু অপোকপী
মাঙখ্রসনু।

তাং ২০/৩/০২
রিম্‌স হোসপিতাল

## থাদোক্লোই ইমা

ইমা!

মতমগী কল্লবা নুংশিৎনা
প্রলয়গী মতৌগুম শীৎলক্লবসু
কল্লবা অহোংবগী ঈপাকনা
মালেম্বু য়োৎশিল্লক্লবসু
লেপকনি ইদোম নহাক্কী নাক্তা
খোমজিনগনি লেপ্পা লৈত
কোমথোকহল্লবা ইমাগী ফীজোল।
অকিবা শকফম কয়ানা কিহল্লবসু
তম্মলাই কয়ানা ঙকহল্লবসু
নহাক্কী জগোয়গী কায়ফদ্রবা তাল
নহাক্কী ঈশৈগী মাঙফদ্রবা সুর
মীওইববু ঙাওহনবা শুক্ষৎপা ছন্দ
ঙাক্তুনা থমগনি নমোমদি ইমা।
কোয়শিল্লকসনু পল্লোন কয়া থোক্লা
থাজরকসনু ব্রহ্মাস্ত্রগুম্বা খূৎলাই কয়া
নহাক্কী সুর ছন্দগী ঈথক ইপোমদা
তাউজগে কোঙ্গোনগুম নীংঙাইদনা
শান্নজগে নতম্বাক্তা থকচগে অমৃত,
কাউজবা ঙমজদে খোয়থুম্ন' মহাউদো।
তম্বিখিবদাই ইমা হৌগৎলকপা পুম্নিদা
মখল কয়াগী তাল, মাত্র, সুর, ছন্দ

ঙসিদি করিগী নীংহন্নরি ইমা!
থম্মোয় কয়াবু শুন্দ্মৎলিবা ঈশৈ
য়াওদ্রবদা সুর, ছন্দ, লোই, তাল
কৌখিগদ্রনে ঈশৈ হায়বদো?
শীন্থবিনু ইমা মিৎলু পিরাং
কপ্পিগনু নুংইক্লনা থম্মোয় শোক্লা
নুপীজা ওইবী ইশেন্নি নমোমসু
মাঙবা য়ারোই চেকশিনবা ফীজোল ইমাগী
খোমজিনজগনি তত্তনা ইমাগী ফীজোল।
মাঙলুরবা ঈশৈগী সুর ছন্দনা
থওইবিদ্রবা রাগ, রাগিণী, তাল মাত্রনা
মশা খপ্পা কোয়না পাইদুনা
যৌগল তৌগনি ইমাবু লেপ্ত না
খোমজিনজগনি তত্তনা ব্রাবিনু ইমা
নমহাদুনা হাইদোরকপা ইমাগী ফীজোল
খোমজিনজগনি ইমা
খোমজিনজগনি তত্তনা।
তাং ২৭/৭/৯৫ ইং

## কল্লকইদা

নুংশিজৈদা ইমা নঙবু
কাউঙমদেদা নচানা
অদুঙৈগী পুন্সি খোঙচৎ।
কোক্তা পোৎলূম পু
খ্বাংচেৎ মচি লাং
শম্বুল চেৎনা পুন
নপারি নমোম থাকচখিবা
মীওইবা ওইনা হিংজখিবা
কাউঙমদেনে নচানা।
হঙ্গৎপা লৈত' ঈচেলগুম
নপারি নমোম্নদি
পলেম ইমাগী অৱাবা
খনবিখিদে হঙ্গৎনা
কাউঙমদেনে নচানা।
অমোৎ অকায়না থল্লবা
অৱৗবা অমতা ফংদ্রবা
স্বর হোনবা ঙমদ্রবা
অমোৎপগী অৱৗম্বনা
নমথি' কোমদা নমথরবা
লোইরমদাইগী মতমসিদা
ফংলকইনে ইমা নহাক্কী
অমৃতগী মশক ওইবা

নুংদ চেনবা ঈচেলদো।
অদুবু ইমা!
লোইরে মতম হৌজিক্তি
আ! মতম অদো!
কল্লকইদা কল্লকই
হৌখি পুন্সি খিবিকতো।
নপারি নমোম খূদিংনা
অফ-ফত্ত খঞ্জরম
ঙসিগী ইমা লৈবাক্তি
মালেম লৈকোয়বূংসিদা
নুংসিংকুম মঙাল চাউনবু
শজীকুম ঈংনা চীক্লবু
মুংনাইদনা ঙাল্লমনি
কল্লকইদা কল্লকই
হৌখ্র' পুন্সি খিবিকতো
কল্লকইদা !!

তাং ১৯/১২/৯৩ ইং

## শান্তিগী ঈশৈ শকচগে

হেক শকউদবা।
নহাক্লা তাকপিখিবদাই
'অৱাবগী মথংদা নুঙাইবা
নুঙাইবই মথংদা অৱাবা
অৱা নুঙাই থানবা য়াদে,
অৱাবগী মনুংদা নুঙাইবা য়াওরি
নুঙাইবগী মরক্তা অৱাবসু লোৎলি
মীওইবগী শাংলবা পুন্সি লমশাংদা
কেকু লোৎপী শান্নরি
অৱা নুঙাই অনীনা।'
অসিগুম্বা শকলোৎপা
নুমিৎ থা থৱানমিচাক
লৈরাং খোইমু উপাল ৱাপাল
চীং-ভুরেল ঈপাক ঈরেল
লেঙলি পাল্লি জীব খুদিং
পূম্নমক য়াওরি কেকু লোৎপীসিদা
অমনা লোৎলি অমনা ফোংলি
অমনা ফোংলি অমনা লোৎলি।
জীব পানবা পূম্বগী
শেম্বীবা মপু নহাক্লা
শকউদনা শান্নরি
থাদোক থাজিন পূম্বসি।

মানা মানা তৌবনা
মানা মানা ফংহল্লি,
ঐনা ঐনা তৌবনা
ঐনা ঐনা ফংজরি।
অদুবু ইবুঙো!
ফজবা পূম্বদগী ফজথোইবা!
নুংশিবা পূম্বদগী নুংশিথোইবা!
নহাক্কী—
অচুম্ববু য়োকপিবা ঙম্বা
অরানববু মাঙহনবা ঙম্বা
শক্তিদুতা উৎপিয়ু
শান্তি ঈরা খীক্লবা
তাইবঙ মালেম অসিদা।
শেমগৎপা, য়োকখৎপা
মাঙহনবা থূগায়বা
ওন্না ওন্না চৎপা
নহাক্কী খূৎশেম নত্তরা?
মাঙবা য়াবা মাঙখরে
শিবা য়াব'খৈ শিখরে
চাংয়েং মশীং নাইখিদ্রে,
অদুনা—
বসন্ত মালঙনা য়ৈবদা
মালেম মালহৌনবগুম
শকখঙদবা খূৎনা নানবিরো
থম্মোয় লাইমন কোকহল্লো
তাইবঙ থম্মোয় খূদিংদা
শান্তি ঈরা খীকপিরো,
নুংশি চান্ন-খোয়দাবা
ঐগী মীগী খায়দ্রবা
মতু মমান খীংলবা

স্বর্গগুম্বা মালেম অমা
ওইহনবিরো ইবুঙো।
খৌগংলবা মালেমসে
ঈংলবা ঈরা খীকপিরো
থম্মোয় শেংনা অমুক্তা
শান্তিগী ঈশৈ শকচগে
শৈহেক চুম্লা অমুক্তা
শান্তিগী ঈশৈ শকচগে।

তাং ২০/৫/০২ ইং

# অপূনবগী মশক্লি

মালেম নৈকোয়পূংসিদা
মশীং লাকঙমখিদ্রবা
চার কয়া হৌনরি
মশক মচু মান্নদা।
পীক্লবসু চাউরবসু
মথৌ অমমম পাঙথোক্লি
অমনা অমদৈ নোপ্নদে
অমনা অমদৈ হেন্নদে।
অমনা অমই মতেং লৌ
মচু মমেন লাংন লাং
মালেম্মু অহিংবা ওইহল্লি
অমগা অমগা তিন্ন-তোৎন
অপূনবগী ফজবা উৎচরি।
অৰাং মেরু চিদাইদই
খা মেরু চিদাইফাও
নোংপোক থংবা চিদাইদই
নোংচুপ পনখে য়ৌবফাও
মখল মথেল য়াম্লবা
তাইবঙগী খোঙহৌফম ওইনরি,
ফজববু তান্নরি
ফজববু থিনরি।
কুচুতনি খেন্নবা
লোলতনি তোঙানবা

ধর্ম্মতনি মান্নদবা
ফিজেৎ চাকচা ৱাঙাঙ লোনচৎ
মফম মতম তুংইন্না
খেন্নববু লৈবনি।
থম্মোয় থম্মোয়দি অমতনি
হিংনরিবা মশেলনি,
চাওখৎলম্বী য়ৌনবা
খোঙশাল্লিবা ঐখোয়নি
অপূনবগী পাঙ্গলনা
য়ৌদৌরিনি লমথূংফম।
লৈকোন্নুংদা লৈরাংগুম
হৈকোন্নুংদা হৈরাংগুম
মীওইরক্তা মীওইনা
অৱা নুংঙাই থেংননা
পুন্সি লম্বী চৎনরি
অমগা অমগা পাংনরি,
অৱা অনা উনরি
থম্মোয় ৱাফম ফোঙনরি
লোনজন কয়া পুথোক্লি।
লোনজন লৈরাং মতেংনা
ফজববু থিরসি
খূৎশম্লনা চৎলসি
পরেং'মতদা লেপ্পুনা
খূবাং চাংজৌ লোন্নন।
অপূনবগী খোঞ্জেন্না
ফজববু কৌরসি।
লেঙবীরকলো হে ফজবা!
তাইবঙ মপু নুংশিবা!
লৈহী লৈনম লোয়নবা
মালং নুংশিৎতা তোংদুনা
য়াৱা ইনিল ইপোমদা

মচুগী মঙাল মরক্তা
মায়থোং মকা লাম্ন লাম,
নুংশি নঙাল চাইন চাই
অপূনবগী লৈকোন্দা
থৌজাল লাইজ খীক্তুনা
শাংহ্নবিরো মকা ফন্না
মচু কয়াগী লৈরাং কয়া
অমতনি উৎপীদুনা।
ফজবা নঙগী মিৎস্নানা
ফজবা মিৎয়েং তাদুনা
নানবিরম্মু মালেমদা
ফজবা নঙাল লাংনবা।
তোঙাল্লবসু লোনজন লৈরাং
মান্নদ্রবসু ধর্ম্ম কর্ম্ম
মপূম ওইবা অর্থদি
অমত্তনি অমত্তা
তান্নরিবা মঙালদি
অমত্তনি অমত্তা।
তাকপিরম্মু নহাক্লা
মালেম লৈকোয়পূংসিদি
অপূনবগী মফমনি
খেন্নববু মানবনি
মনুংদদি অমত্তনি
অমমমনা শাগৎপা
অপূনবগী মশক্তি।
তাং ২০/১১/৯৪ ইং

## ঐখোয় ঈচীল ঈনাওনি

ইমা ঐগী নুংশিবী
পলেম নঙবু পুকতল্লী—
নচা চানবিনি নহাক্তি
চায়োক নাউয়োক ফজবীনি।
নীংশিংলকই অদুঙৈগী
নপারি নমোম কাঙলূপ কাঙলূপ
নশাইগোন্দা হিংজরকপা
নতম্বাক্তা চাউজরকপা
লমদমসিগী ঈশিং নুংশিত্তা
মফমসিগী লৈহাও লৈবাক্তা
কাংদোং ফাজরকপা নচাশিং
তৎনবা য়াদ্রবা লীপুন্না পুন
চীংমী তম্মী তিন্নরকপা
অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবা
অদুবু ঙসিদি—
ঈপাম লমদম মৈৱায়রে
খাম্বী মৈরীনা কোয়রক্লে
ৱাখল পীকপা নপারিগী
ফৎতবগী লাংদা থুররে,
লাউ ঈচীল ইনাওশা
চীংমী তম্মী পূনসি লাউ
ঐখোয় খূৎশম্নসি লাউ
পলেম পিবুক ফাসি লাউ

চীংমী তম্মী অমত্তনি
ইমা অমতই মচানি
খোঞ্জেল বাংনা লাউসি লাউ
মীতৈনা কনানো?
নাগানা কদায়নো?
কদায় কুকি
কদায় মরিং, কোয়রেং
পাইতে গাংতে
মার, মরাম, আইমোল, মোয়োন
কদায় সিমতে, সালতে, কোম, পুরুম
অনাল, তাংখুল, মোন্সাং, লমগাং।
কদায় থাদৌ, জৌ, কাঁচানাগা, সিমা
মাও, কোইরাও,
কদায় কবুই, মিজো, রাইফে
বালতে, চোথে, অঙ্গামী, চীরু,
ঐখোয় পূম্বা অমত্তনি
ইমা অমতই মচানি
লমহেনবা নচা য়াওবনা
ইমাবু মাঙহল্লরেনে।
লালু চোমাই লৌরগে খন
হাইগৎলিবা থাঙশাংদো
লংথোকখরো ইয়াম্বা
থবাক ঈরম ফাৎলগে নীং
চেৎনা পায়রিবা তিমেনদো
থাদোক্লোনে ইদুনিংথৌ।
পলেম তম্পাকথকসিদা
ঈগী ঈরীক তাফদে
নখোয় করি খঙ্দবা?
ইমাগী মচা ময়ামনি
অমত্তা ওইনা পূল্লসি
অচুম্বই পরীং লাক্কুনা

### লাক্লো ঐখোয় পূল্লসি/২৮

ঐখোয় লীংজেল মান্নবা
পলেম পূক্লীং পেলহনসি
অপূনবা খোল্লাউ লাউদুনা
খোঞ্জেল ব্রাংনা শকসি লাউ
শান্তিগী পাউজেল য়েনসি লাউ
চীংমী তম্মী অমত্তনি
ইমা অমতই মচানি
ঐখোয় ঈচীল ঈনাওনি
কৈদৌনুংদা কায়নরোই
ঐখোয় ঈচীল ঈনাওনি
কৈদৌনুংদা কায়নরোই।

তাং ১৪/৬/০৪ ইং

## নিজরোই অতোপ্পা অমা

কেনগদবা ঐনা ব্রারুরি
কেনগদবশিংগীদমক্তা।
          শিগদবা ঐনা কপ্পুরি
          শিগদবশিংগীদমক্তা।
তিন্নবা শারিবা
কায়ন’ ঈপাক্তা তাউরিবা ঐনা
কপ্পুরি কায়নবগীদমক্তা অতোপ্পগী।
নুংঙাইবা শারিবা
অব্রাবগী পন্নুংদা লৈরিবা ঐনা
          তেংথারুরি অতোপ্পগীদমক।
নিজরোই নফমদা হে. শকনাইদবা
ইরল ইথুম পুন্সি তোলোই
ঐগী ঐগী ঐগী হায়বা
নাপলগী হৌফম ফজ-নুঙাইবা
কল্লকপগী পোকফম সনা-লূপা লন-থুম
অহেনবা পাম্বগী চীরোল-খারোল
          নিজরোই নফমদগী অহেনবা অমত্তা।
‘খাঙবগী শক্তি ইথৌ পাঙবদা
খনবগী পাঙ্গল ইথৌ খঙবদা’
          পীবিয়ু অসিতা ইথৌদাং ওইনা
          পীবিয়ু অনীসিতা ননাইদা
          য়াবিয়ু অসিতা তোল্লবদা
          নিজরোই কৈদৌনুং অতোপ্পা অমা।

তাং ৫/১১/৯১ ইং

## চাকথেকহল্লগে

শাংলবা মমিশিং
কোয়িন ইন্নরি
নুমিদাংব্রাই ওইরকপসিদা,
কোরৌগী মশেক্লা পৈথরবদা
শাংদোরক্লি মমিশিং অসুম।
মমিবু উরগা
খোয়রাংঙি পূক্লীং
হঙ্গৎনা চেল্লুই
হৌখ্রবা পুন্সি তোর্ব্বান্দা,
অদুবু কিন্থরমলে লোইনা
য়ারমদ্রে খোঙথাবা
মুৎলমলে খোঙ্জম্বীসু।
অরাংবা কাবা ঙম্লম্বা
অপাম্বা তানবা ফংলম্বা
ওইরমদ্রে পাঙ্গলসু হান্নগীদুমক্তি।
তাইনফম চিদাই য়েংলুরগা
ইথন্তনা ইথন্তবু য়েংথজৈ
চমম্লনা লেপ্লি ঐ।
পুন্সি! অঙকপনি নঙ
মায়ানি নঙ
মিহৌহল্লি মমিবুসু
কল্লকহল্লি হৌখিববু।

অদুগা নঙনা শান্নরি
চিংথোক চিংশিন
লঙন লঙন ঐবু।
মায়ানি খঙলবসু খঙনা
লৈনমদুতংদি পামজবনি তোর্ব্বান্দুগী
হূশ্রবনি ঈপুকসি মদুতনা।
অদুবু পুবিরো ঐবু কোরৌ মঙালদা
মমি কয়া লানথোক্তুনা
চাকথেকহল্লগে হেক্তা
কোরৌগী শারবা মৈশাদা;
থাজবা, নুংশিবা, চান্নবা
অপাম্বা, মিহৌবা
ইশাগী হায়বা পঙলবা
ঐতগী হায়বা পীক্লবা
মায়াগী ব্রাখল পূম্বা
চাকথেক্লসনু তাঙ্গোই তানবা
অপাম্বনা খূদুম চনদ্রিঙৈ
পাপকী ঈপাক্তা তাউদ্রিঙৈ
চাকথেকহল্লগে তাঙ্গোই তানবা
চাকথেকহল্লগে।

তাং ২৯/৭/০৪ ইং

## পিশক পীকশিনখ্রে

নহাক্কা থাবিরক্কে তাইবঙসিদা
শিন্থা কয়া পীরদুনা
পাক-চাউরবা মালেমসিদা।
নয়াথংদি ইন্দবা য়াদে
তৌফম থোকপদি তৌদবা য়াদে
অদুবু, মথৌ তৌদ্রে তাইবঙ মীদি
হাৎন-শুনবনা মথৌ ওইরে
মীহাৎপগী হালেঙবা নাইদ্রে
হাৎপগী মহাও লৈরমালে।
অসিনা অচুম্বনি অসিনা অরানবনি
সিনা অফবনি সিনা ফৎতবনি
খেন্নবা লৈত্রে মখোয়দদি।
ফজবা শক্তম নিংথীবা লৈতেং
অমেঙবা ৱাহে অথুম্বা খোঞ্জেল
ফজবা পূকচেল অচুম্বা ৱাখল
মাঙখ্রে লোইনা মাঙখ্রে।
কোগোক কোক্লবা শারবা লৈকংলা
অকংবা উপাল অকনবা লৈতঙ্গায়
উৎ ওনগদবা কুইদ্রবা—
ওইরে ঙসি কংলবা মালেম।
জীবপানবনা কদায়দা
চাওখৎপা পাম্বনা কদোমদা
হিংবা পাম্বশিংনা কদায়দা

অফবনা কদায়, ফত্তবনা কদায়
অফবা ফত্তবা, ফত্তবা অফবা
ফজবা অথীবা, অথীবা ফজবা
অচুম্বা অরানবা, অরানবা অচুম্বা
পূমপূন পূনশিনখ্রে মতূম তাশিনখ্রে
ক্রক ক্রক ফাজিনখ্রে
পিশক পীকপা মরূ ওনথোকখ্রে
পিশক পীকপা মরূ ওনখ্রে মালেম
পিশক পীকশিনখ্রে।
তাং ৭/৭/৯৬ ইং

# পুন্সি লানফমসিদা

ইমা!

কল্লবা লানফমসিদা
মীহাৎপূংসিদা
থাঙশাংগা থাঙশাংগা
নোংমৈগা নোংমৈগা
অমনা হাৎলি, অমনা শিরি
অমনা চৈনা পীরি
অমনা চৈনা ফংলি
কনাবু কৌসিগে মায়পাকপা
কনাবু হায়সিগে মায়থীবা
মীহাৎপদুরা? শিরিবদুরা?
শিরিবদুরা? মীহাৎপদুরা?
পুন্সি লানফমসিদা।

তাং ১১/৬/৯৫ ইং

## অশেংবা শক্তম

নঙনা শীখিবা পূম্বদু
পুবিখ্রে ঙসি অখাকপা লৈত
অদুগা ইনাক্তা লেপ্লরে ঙসি
অশেংবা শক্তম খঙহন্নবা।
তঙাংলম্বা কুচু কুমেন
নীংথিরবা তনৌবা মায়থোং
লংনা ফজরবা য়াগী পরেং
মুনা নীংথিবা লূরবা মিৎস্না
মুনা লংলবা ঐগী শম্লাং
তনৌ-তনৌরম্বা হকচাং কায়াৎ
চুং ফীরাল চাবা শাবান
পূম্নমক্না মিতাফম ওইরম্বা
লোইনা পুবিখ্রে ঙসিদি
ওইহৌরে কিনরবা শরূ পোলাং
তূকুৎচনা কিনরবা শরূ পোলাং
অরোইবা মিকূপসিদা খঙলকলে
অশেংবা শক্তম ঈশাগী
অশেংবা শক্তম ঈশাগী।

তাং ২/৪/৯৪ ইং

## মিপাইজরে

ফদীনা য়োম্বা মণিগুম
কোঙ্গ্রেংদা লোৎপা মুক্তাগুম
থাজবগী ৱাংমদা
নপারি নমোম কয়াদি
চেৎনা লোৎশিনবিরমলি।
থম্মোয় য়াৱা ফোঙঙমদা
পূক্লীং ৱাবু হায়ঙমদা
লোন্না নৈসি নৈঙমদা
ফোংনা কপসি কপঙমদা
অৱা ঈপাক্তা তাউরক্লে।
থাজবগী লংলানা লেংলম্বা
অপূনবগী পরেংসে
মতৎ মতৎ তাখিদ্রা
চোইজাইননা মাঙখিদ্রা
মিপাইজরি নমোমদি।
হে শকনাইদবও!
শক্তি অদু পীবিয়ু
তৎহনবিনু লংলাদু।
লংলাদুনা পাম্বে ওই
মালেম মফম শীন্থুংনা
নৈরাং নৈনম য়েলহনবিয়ু
পোকপা মহে য়ালহনবিয়ু।

তাং ৬/৪/২০০০ ইং

## লমজিংলরো

পারি নঙবু মমা নীংবা
ইমা লৈবাক্কী মণি!
পলেম মাবু কনগনি
ব্রাশক পরৈনখিবা
কাউরবরা নহাক্তি?
নরোয় ননাও খিবিক্লা
মায়কৈ মরি শুংদাই নিপান্দা
কোয়না য়েংনা থিরকলে
লাক্লো মতম ওইরক্লে।
মতম'মগী হৈনীংবা
মতৌ মানবা নশক্তম
পলেমগী পারিনি হায়বদা
পূক্লীং পূম্বা লুমজখিবা
ঙসি কদায়দা লোৎখরে?
ঈপাম খাম্বী মৈহৌরে
মায়কৈ শীন্না মৈব্রায়রে
চীংমী তম্মী পূম্মম মল্লে
হাহাকার লাউনরে।
লুচিংবা হায়বদু লৈতবনা
ঐগী ঐগীতা খন্নবনা
প্রজা অব্রাবা তারিবা
করিগী উদে নহাক্লা?

থিবা লেপত্রি নরোয় ননাওশিং
চীং-পাৎ লবুক লম্মাঙদা
অশেংবা লুচিংবা মহাক অমা
মগুণনা মালেম নীকহনবা অমা।
লমজিংবীনবা লৈত্রবা মীয়াম্মা
পলেম য়াইবীদি কনজনীং
চীং-তম ঈচীল ঈনাওগী
নুংশি লীপূনসু ঙাকচনীং
হায়ফম তৌফম খঙদনা
চমম্নবা লেপ্লিবা,
লম্বী লান্না চঙলুবনা
য়াইবী পঙমাঙ মাঙলিবা
পারি নঙবু উদরা?
নরোয় ননাও কন্নিংদ্রা?
লুচিংবা ওইনা লাকলোনে
থবক্কী পোরম শীল্লোনে।
মায়কৈ শুংদাই নিপান্দৈ
ঐখোয় চঙশিনমিন্নসি
ইমাগী য়াইবী কলহৌসি
লুচিংবা নঙবু লাকলোনে।
তাং ৯/২/২০০২ ইং

## ইমাগী তেংথা

পোকঙমদনা পোকপা মপোকপু
লম্মখাঙদা মাঙহন্‌বা
মমল য়াম্ল’ পুন্সিবু
খাঙঙুথক্তা লোইশিনবা
করি মতৌ কৌবগে
পারি মানবা নখোয়বু?
পুন্সি লৈকোন্নুংসিদা
হ্‌রাউ মীনোক তম্মিন্না
লৈরাং ওইনা শাৎমিন্না
পূন্না হিংমিন্ন’ পামদ্রবা
করি মতৌ কৌবগে
পারি মানবা নখোয়বু?
থম্মোয় অমই্‌ লমন্দি
থম্মোয়’মনা থৌবা য়াই্‌
অমম্বা মফম মফমদা
মৈরা চাউনা থানবা য়াই্‌
করিগী মৈরা শেমদ্রিবা
পারি মানবা নখোয়বু?
পলেমনা পামজবা লশিংলৈ
নমু চরৈ ফিয়েল্লে
লৈরাং লৈখোঙ শোমদরে
লোইনা কংদুনা মাঙলক্লে

লাইজ খীকপা কাউবরা
পারি করি মতৌনো?
পম্ভৌ ইংখোল চাইগোন্নুং
মালেম খোয়দৌ লৈকোন্নুং
শেম্বীনবা লৈরক্তা
য়েংবীনবা ব্রাৎশিল্লক
লোইনা ময়েং তারক্লে
পারি করি খঙদবা?
মালেম মীয়াম কোঙ্গায়দি
চাওখৎ'লম্বী য়ানখরে
মচা মশু শূরোনগী
লমজিং খোঙগুন শেমখরে
পলেম ইমানা খোয়রাঙবা
পারি করি খঙদবা?
তাইবঙ নঙগী খোঙ-খূৎ
নশামক্লা ককথৎপা
তাইবঙ পুন্সি ফম্বাক্তা
হিংলুবগী কান্নদ্রে
মায়া মায়খূম্না কূপ্পদা
পারি নঙবু কাউবরা?
পলেম নমানা পাম্বদি
মীগী ঈ-তোং নত্তেদো
নচীল-ননাও মরুপ মপাং
মাঙহনববু নত্তেদো
ইমাগী পারি চার্উদ্রবা
লৌশিং মপূং ফাখোনে।
তাইবঙ ওইনা পোক্লগা
করি থৌদাং পুরকপা
তেল্লবা পুন্সি খোঙচৎতা
করি তৌফম থোকলিবা
ব্রাখল পরিং চুম্লবু

পারি নঙবু খল্লুনে।
পুন্সি লৈকোলনুংসিদা
হরাউ মীনোক তম্মীন্না
লৈরাং ওইনা শাৎমিন্না
তাথোক তাশিন তৌমিন্না
অরান অহুই চুমথোক্লা
অশোয় অঙাম কন্ননা
পূন্না হিংমিন্নদুনা
থরায় কয়াবু য়োকখৎপা
পোকচমনগী কান্নবা ফংহনবা
পুন্সিগী মমল খঙহনবা
মসিনি ইমাগী অপাম্বা
মসিনি ইমাগী অপেনবা।
তাং ৩/১/৯৪ ইং

## হায়জররোই অমুক নোংগুম্লকখো

হে অথৌবা!

মীতৈ লৈমগী মপারি!

নীংবা কায়রবা মীওইশিংবু

নৌনা থৱায় হাপ্লিরম্বা

নিংথৌকোলগী অকে-অমৌ থাদোক্তুনা

অচৌ-অপীক খায়বা ৱায়েলগী মায়োক্তা

থৌনা ফনা লেপখিবা

লৌমী শিন্মীলক্তা চঙখিবা,

লৈখোমলক্তা কুমদুনা

অপূনবগী ঈশৈ শকখিবা

নীংবা কায়বশিংদা থৌনা হাপ্লিবা,

ঈশৈগীদি সুর ওইনা

লৈরাংগীসু লৈনম ওইনা

উহৈগী অথুম্বা মহাউ ওইনা

য়েনবিরম্মীনে প্রজা পূম্বদা

খঙহল্লম্মী পুন্সিগী মহাউ।

মীতৈলৈমগী মপারিতা নত্তে নঙদি

মালেম লৈমগীসু মপারিনি

ঐগী ঐগীতা হায়বগী

খূরবা ৱাখল ৱাংমগী

মীয়াম্বু খোনজিনবা থম্মোয়নি।

থম্মোয় শূদিংদা ফাওহল্লি

করিনো অমা নহাক্লা

লোইবা খম্বা নাইদ্রবা
ঈথক ইপোম অমা ৱাখলগী।
অপীকপনা অপীকপা ওইনা
অচৌবনা অচৌবা ওইনা
কৌজবনি পূম্নমক্লা ঙসি
ঐগী ইরাবত! ঐগী ইরাবত
'অমম্বা অহিংগী অৱাবা কোক্তুনা
স্বাধিন্নতা নুমিৎ থোরকলে হন্না'
হৌরে লৈবাক পূম্বা ঙসিদি
মীকপ থোরক্লি তপ্না তপ্না।
ঙসিদি থম্মোয় অতিয়াসিদা
ঙাল্লি থৱানগুম নঙগী শক্তম্না
নিন্নরক্লে, লাউনরক্লে, শকতাক্লরে
কবি ওইনা, কলাকার ওইনা
জর্নেলিষ্ট ওইনা, ড্রামাটিষ্ট ওইনা
শান্নরোই ওইনা, তাকপী তম্বীবা ওইনা
নীংতম লান্মী ওইনা, সমাজ সেবক ওইনা
মীয়ামগী লুচিং পুরেল ওইনা।
পাক্লবা লৌবুক লম্মাঙদসু
তাম্লবা চীংশা নাপোমদসু
লৌরিয়া পীরেল কাচিলদসু
খোম্থাং য়ৈরি লেপ্তু না
নঙগী কোলোয় শৈশক্লি।
পুন্সি ৱারী থিরু খূদিং
ঈশৈগী ৱাহম্থোক খল্লু খূদিং
লাউবা হেল্লক্লি নিনবা হেল্লক্লি
মালেম নীকহন্না লাউনরি
'মালেমদা মীওই লাইওইবা
ইরাবত! ইরাবত!
ঐগী ইরাবত! ঐখোয়গী ইরাবত!
অদুবু হে বিপ্লবী! হে থৌনা ফবা!

ঙসিগী নরোয় ননাওদি
চারোল শূরোল ময়ামদি
হিংনা হিংনা শিরেদো
মীৎ পাংল'সু উদ্রেদো।
উনদ্রে অঙানবা মঙাল
অমম্বঙাক উরে মমিৎতা
য়াম্নমক পীকশিল্লে মিৎয়েংসু।
অদুনা,
অমম্বদা হৈনরি, থিনরি
নৈনরি মশেল অমগা অমগা
থিনরি নৈনরি খঙদবা অমা।
হায়জনীংখি করিনো খরা নঙোন্দা
পূক্নীংনা পামজবা খরদো
'অমুক্তংদি নোংগুম্বীরকখো'
অদুবু,
মকালাম্বা মায়থোংদো
মকশিনখিবা য়াই
লৈচিল্লক্কী থরানগুম,
অমম্বা মপৈগী কূম্মে উরগা
লাংশিনখিবা য়াই মায়থোংদা
অদুনা হায়জররোই ঐ
'অমুক নোংগুম্লকখো।'
তাং ২৯/৯/০৩ ইং

## নীং-তম্বা

নীংতম্বই অর্থ থিরিঙৈ — হরাউ মীনোক তল্লিঙৈ
লৈপালদা লৈরাং শাৎখিদ্রে — হৈপালদা হৈরাং পানখিদ্রে
শরৎকী থাবল মেঙলমদরে
বসন্তগী য়েন্নীং য়েমৌনরে।
উপালদা চেক্লা তোংলদ্রে — পামেল মহৈ চারদ্রে
লৈহী থিজবা খোইমুসু — কোয়ঙাওননা পাইরদ্রে
মশা তারে পাই'ঙমদরে
পান্বে পূম্বা লোইখরে।
চীংশাং পরেং তূমিন লৈখ্রে — ঈপাক ঈচাউ ঈথক হৌদ্রে
তুরেল ঈচেল পীকশিল্লে — ঈরোন্নুংদা লোৎকে খল্লে
মালেম মওং অমা ওইরে
অকি তুজুং শকতম ওল্লে।
লোকচাউগী থৌদু নূংশিং — হেন্না চীকপক তাশীনখ্রে
লাইজ ঈচেল কংশিল্লক — চিংন' ব্রাখল পরিংলাক
মখোয় মশেল য়েংনরি
অমগা অমগা হংনরি।
লৌরী পরেং কাচিন্দা — উথুম্না খোংবা লেপখরে
লোইবী চীংগী চীংখোঙগা — লবূক্তা খূৎশম্নরম্বা
লাপ্লপ লাপ্লপ লেপ্লরে
থাজদনা লাপ্লরে।
মহৌশাগী চীঙ্গোলদা — মখল কয়াগী পোম্বীনা
নীংতম্না ঈশৈ শকচবা — কোয়না পাইমিন্নজবা
উবা ফংবা লৈখিদ্রে
নক্লা লোইনা তামখরে।

চীংলেম্বা পাৎচাউ কয়াদা — ঙানু থঙ্গোং কয়ানা
জোড়া জোড়া পূল্লপ্পা — হরাউ তয়াম শান্নবা
অমুক উনি থাজদ্রে
মপোকসিমই লোইখরে।
থাঙ্গ ইথিং করাংচীং — থাংজীং চীংলেন শোরাচীং
ফজথোইবা নীংথীজবা — শংলেন ফীজোল হোংলম্বা
মরনাই মমি শামলক্লে
মশেক মঙাল লৈরক্লে।
পাম্মুনা চেৎনা থমজবা — মীকূপ খূদিং শেন্নজবা
মালেম মীয়াম্মা শকখঙলবা — কৈবুল লমজাউ শঙাইসু
নীংতম্বে অর্থ লান্নবনা
কনবা ঙম্মি থাজদ্রে।
কৌব্রু চীংলোন মাপলসু — মরু ইকোক কোকহল্লে
মদোম হৌজ হিংজবা — হৈরাং লৈরাং মুৎহল্লে
পাম্বী মরু ফূকতোকলে
লোইবী পূমকোক কোক্লক্লে।
মহৌশাই খূৎশেম কায়হনবা — নীংতম্বা করিনো খঙদবা
মশাগী নুংঙাইবতা য়েংবদা — মীয়ামগী মাঙগনি কিদবা
তৌজরুবা পূম্বদুগী
ঙসি অব্রাবা ফংলরে।
মহৌশা লাইরেম্বী শাউরকলে — তোয়না মথি ফোংলক্লে
চীংজাউ মচেৎ তারকলে — ঈচেল নাইনা চেম্থরে
লৈনাঙ ঈথক ইপোম্মা
পুন্সিদা তেমশীংনরক্লে।
করি পাম্বে লৈরি হৌজিক — করি উপায় তৌনি ঙসি
মরাল লৈজদবা কোঙ্গায়সু — চৈরাক ফংবা য়াওররে
নীংতম্বদি পূম্নমক্কীনি
পূম্নমক্কীনি নীংতম্বদি।
ইথন্তে নীংতম্বননি — মালেম মৈশা লাংহল্লিবা
ইথন্তে অপাম্বদুমক্লনি — অফবই মশক লোৎখ্রিবা
ইথন্তে নীংতম্বননি — মীয়ামদা অব্রাবা পীরিবা

ইথন্তে অপাম্বদুমক্কনি — অফবা চারোল মাঙখ্রিবা
ইথন্তে নীংতম্বদুননি — লৈখা অসুম তারক্লিবা
মালেমবু মশক খঙলসি
কাচিন কোয়া নৈনসি
অখুবদগী অপাকপদা থোক্লসি
নীংতম্বগী অর্থ থিরসি
মীয়ামগীনি নীং-তম্বা
ইথন্তে নত্তে নীং-তম্বা
ইথন্তগী নত্তে নীংতম্বা
মীয়ামগীনি নীংতম্বা।

তাং ১৯/৭/০৪ ইং

## পূনশিনহৌরসি

মালেম মৈহৌরে
য়ুম্বাল খেন্নরে
চায়োক নাউয়োক ওন্নরে।
শেলনা থোং শারে
মীনা শা ওল্লে
শেলনা মী লৈরে
অপাম্বতা তৌঙল্লে।

লাইরিক লাইশু হৈজরে
চাওখৎ চীংজাউ উজরে
থৌরম খূদিং য়াওজরে।
পোকচমলগী মহৈ য়াল
হিংজমলগী কান্নজ
নুংঙাই য়াইফ পাল্লেদি
পারি ইমোম খূদিংনা
পায়মনুংদা খল্লিবা
অদুম অদুম ওইনমক
পলেম ওইবী ঐহাক্তি
ইপানাংতি ইপুনাং
লারৈ লাথূপ অরোনবা
হঙ্কৎতুনা য়েংলুবা
চেনা খূদিং পারুবা
থম্মোয় মৈগুম শারকই।

হোংলক্লিবা বিজ্ঞানগী
কান্নরবা মচাকশিং
পানশিনবদা শোয়র'দি
অমাঙবগী মশক্তি।
চীংলোন লান্না ফংলুবা
মহে মশিন হৈরকপা
ফত্তবনা ফনা লৌ
অফবনা তুংওইনা
অরানবনা চুম্না লৌ
অথীবনা ফজবা ওই
অমোৎপনা অরূবা ওন
ওন্ন-তৈনা লৌরকপা
জ্ঞানগী মচাক অশোয়বনা
চাওখৎ খোঙথাঙনি খন্দুনা
খাঙদুনা অসুম লৈসিরা?
ঈপাম মৈহৌরক্লিবা
লোইদাম য়াম্লে কুইরক্লে
করি উপায় লৈরিবা?
ফজবা ফীজোল শেৎলবা
নীংথিবা শক্তম ওইরবা
পারি ইমোম কয়ানা
হৌন লোনচৎ থাদোক্লম
চৎন-পরীং থুগায়না
লৈরক কোনশাং খুদিংদা
লম্বীগী মচী-মচীদা
পুথোক্লিবা শক্তম কয়া
করিদগী ওইরকপা
কদায়দগী হৌরকপা
কনানা থৌদাং লৌদৌবা
পীগনি পাউখুম কনানা?
মালেম্ তাইবঙ মরক্তা

তোল্ল তার ওইরবা
জাতিরা ঐখোয় পঙলবা?
অঙানবগী ফজবা
লৌশীনববু ঙমদ্রবা
অরানবগী অথীবা
মাঙহনববু ঙমদ্রবা
অমম্বগী মথক্তা
মঙাল চাইবা ঙমদ্রবা
করি কান্নে হিংবগী?
মালেম লৈমনা লূম্বরা
পলেম ইমানা মরূশ্মী
কোরৌ নোং'দোলনা ব্লাংবরা
পম্বৌ ইপানা মহেল্লি
থিগৎলুসি পাডরৌসি
হঙ্গৎতুনা য়েংলুসি।
মালেমদগী হেন্না লূল্লবী
পলেম ওইবী নখোয়দি
কদায় কদায়দা লোৎশ্রবা
নপারি নমোম মাঙলফাউ?
পলেম ওইবী ঐখোয়না
করি মঙলান চূপ্তুনা
ঙসি ফাওবা হিংলিবা?
চাওখৎপনা পুরকপা
অমাঙববু য়েংশিনসি,
লাইজনা লুরি লুরি মতীক
ঙমখে নাইদ' পাক্লি মতীক
খুদোংথীবা হেনবনি
তাকফম থোকই ঐখোয়না
চেকশিন থৌরাং লৌদুনা।
ব্রাংল দলান্দা লৈরসু
অব্রাৎ অপা লৈত্র'সু

বিজলিনা পূমঙান ঙাল্লসু
খোঙনা ৱানা চৎনদ্র'সু
পৃথ্বী থুংনা কোয়রুরসু
ফীজোল মখল শেৎলুরসু
শেলনা থোং সা'ঙল্লসু
মীওই শুনা তিল্লুর'সু
ইপা ইপু নুংশিবা
পীক্ল' খাঙপোক্তা লেনখিবা
মাঙশোক ফল্লেন ফমদুনা
তোংজৈ খূদোং চিংদুনা
ৱারক ৱাতেম তৌখিবা
লমজিংবা অমগী মথৌদাং
কাউফম থোক্কে ঐখোয়না।
মঞ্জুনবা খূদৈ শেত্তুনা
পোৎথাববু লৈতনা
য়োৎলৈ নোংথাঙ শাদুনা
মতম মতমগী পান্দোং শেম
পারি ইমোম মশুংলাং
তুংগী মীরোল মরোলগী
ফৌগৈ শীংগৈ পৈবিরম্বা
ৱাত্তা পাদা থম্বীরম্বা
অকাউ পরৈনরব্রা?
লৌখাও মতম লোইরকপা
থবক্কী অহাঙবা মতমদা
মশু মচা পূনশিন্না
ৱারী শীংবুল পুক্সিবা
থৱায় তানা লীবীবা
পাউতাক পাউমেন্না থল্লবা
লায়না থাদোকফদ্রবা
যুম্বাললোনগী থূপ্লবা
মচি ওইবা পাউরৌনি।

চীঙ্খাঙ য়েনা মখোয়না
করি করি হায়রম্বা
পাউখোঙ ওইনা মখোয়না
করি করি তাক্লম্বা
লোঞ্জন লৈয়োন মনুংদা
অরোনবা মণি লোৎলিবা
ঐখোয়বু থিফম থোক্লনে?
কংলৈপাক ইরমদম
খুন্নাই খুন্নাই ইখুন্নাই
ইপানাৎ ইপুনাৎ
চৎনবী ঐখোয়গী চৎনবী
সিনা মীগী ফীজোলনি
সিনা ঐগী ফিজেৎনি
লাউবা লেপ্তে লাউবা লেপ্তে
লাউবতনা মশিন ওইরি
ইমা লৈবাক্কী মচাশিং।
লাক্লো পলেম ওইবীশিং
পূল্লসি ঐখোয় খূৎশম্না
যুম্বাল্লোনগী থৌদাংদি
মমা ঐখোয়না থিগৎসি
ইপারি ইমোম কৌসিনসি
মখোয়গী মবুক ওলহনসি
লোৎতুনা থম্বা অরোল অথূপ
লোইনা ফোংসি ঐখোয়দি
অখাকপ'মা লৈতনা
লোইনা ফোংসি ঙসিদি।
ঐতগী ঈংখোল চাউগোন্নুংদা
লেপ্তুনা অসুম লৈরবা
শম্বল কৈরোই লান্দ্রবা
অহোংবা করি থেংনরোই
অনৌবা করি উররোই

অদুঙৈগী পোদোন মৈরী
অদুঙৈগী ইগী শঙলেন
লৈকাং মরোল মরোল
শেংল চোংল, শেংল চোংল
মিরাং মহুম চবুল চবুল
        করিসু উররোই অদুদৈ হেন্না
        করিসু উরোই।
অনৌবা ৱাখলনা চিংলবা
লম্বী লমশাং চৎপদি
থেংনগনি থৌদোক কয়া
অনৌ অনৌবা হেন্না নৌবা
খোঙচৎ খোঙচৎকী তুংইন্না।
তুংদা হনসি হায়রগা
অমন-অকায়, অকায়-অতোয়
        অদুতমক ফংলনি।
মতমগী ঈচেল তোরৈ ইন
মাঙদা চঙসি হায়রদি
অৱাংবা মতোল তাল্লগা
অনৌবা মখল মথেল মথেল
        মফংগনি চৎচমল।
মখাদা চৎকে খল্লদি
বস, ট্রেন তোংগনি
তুরেল ঈচেলদা চৎলদি
হিরেল ওইনা তোংগনি
সমদ্রু ঈপাক্তা চৎল'দি
অচৌবা জহাজ তোংগনি
অতিয়া ফাওনা চৎল'দি
দোলাই অপাইবী তোংগনি
        খোঙচৎ খোঙচৎকী অহোংবনি
        মতম মতমগী ঈচেলনি।
লাক্লো পলেম ওইবীশিং

য়ুম্বাল্লোনগী থৌদাংদি
মমা ঐখোয়না থিগৎসি
ইপারি ইমোম কৌশিনসি
মখোয়গী মবূক ওলহনসি
লোৎতুনা থম্বা অরোল অথূপ
লোইনা ফোংসি ঙসিদি—
পারি ইমোম মখোয়দা।
পলেম শিয়োম্মুংদুদা
নাৱা মিতম্লকপদই
তাইবঙ খোঙদারকপফাউ
করি অথূপ্লা লৈরিবা
মী মরক্তা মীথোইবা ওইরিবা
মালেম্না কোক নোন্নখিবা
করিদগী ওইখিবা,
তাইবঙ লোনচৎ য়াউদবা
মালেম মাঙনবা পোক্লকপা
করম্নবু ওইরকপা
ৱারী শীংবুল লীবিসি
নুংগী ৱাহনথোক তাকপিসি।
মীকূপ কয়া পূংজা কয়া
লোইদাম কুমজা কয়া কয়া
তানবা ফংদনা মাঙখ্রনি
ঐনা ঐনা খঙজবা,
মানা মানা নীংজবা
পাম্বৈ পূম্বা পুথোকসি
থম্মোয় মরাক পাকলসি
পূন্নমকপু খোনজিনসি।
পলেম পম্বৌ মিৎয়েংখাদা
মখোয় পূম্বা থম্লসি
ইথানুংদা কোন্দুনা
অফ-ফত্ত তাকপিসি

নুংশি চান্না নান্দুনা
লৌশিং মৈরা চুম্বৎসি
মাঙখিবনা হান্দ্রিঙৈ
ঐখোয় পূনশিনহৌরসি।

তাং ১৭/৮/০৩ ইং

## রজনী

থবক পান্নবদুনা
চান্না তৌবি  রজনী
মপুরোইবা লৈতঙৈ
শূফম নোম্ফম খঙলক্তা
কঙাওননা হিংলকপা
কোরৌ মশীং য়াম্মকলে।
অদুবু মরাইবক ফবনা
চেক নূং হোনবা য়াওবা
থাবূম অনী ফারে রজনী
মনে চন্দ্রানা পুশিনবিবনি
রজনী কয়াদা হরাওজৈ।
অব্রাবা পূম্বা কাউজরে
মচা'নী মবূক থনজবদা,
পুকচেল চাউবা থবক পান্নবা
মীয়ামদা পীবা অশুমন্দগী
লূপা মঙা অমা তরা অমা
রজনীদা হেনবিখি।
হরাওজখি লায়রবী
মবুংমক্লি নীংজখি
নোংমা নোংমই নক্লকপনা
মচলদ মচলগুম তৌবিখি
পোৎলুম ফাওবা থোংগৎপী।

অচৌবগী তৌবিমল
রজনীনা কাউজদে
করিনা লমন শিংগনি
পায়ম'নুংদা খনজখি।
নোংমা কোরৌ অমদি
মীয়াম থবক শূরিঙৈ
খোঞ্জেল ঈংনা কৌবিখি
'রজনী নঙনা নহানি
মীয়াম থক্রবা ঈশিংসি
পূমকং কংলে পাত্রসি,
খোঙলৈ থুনা চৎতুনা
ঈশিং খরা শোক্লুচো—'
থৌজাল হৈবা মহাক্লি
লৈত লায়র খঙবনি
থাজখিদো রজনী
'ফনি ঐ শোকচগে,
বালটিন পায়না চৎচখি।
থবক শূফমগী কৌব্রু পাংবদা
লৈতোং'মগী মরুমদা
লফুবন অমগী মনাক্তা
পীকনা চেনবা ঈচেন'মদই
শোক্কদবা ঈশিংনি রজনী।
ব্রাখল খন্না খন্না চৎলি
হংচিত্তি য়াউশঙনি
ফুরিৎ খোঙগ্রাও লৈবিনি
হরাওজহৌবা মচাবু
মমিত্তা শঙ শঙ উরকই।
আশা অমসু শাগৎচৈ
পুকচেন চাউবা মপুদৈ
শেল খিত্তং হান্না হংজগে
খন্না খোঙথাং কনখৎচৈ।

থবক শূবা মীয়াম পূন্বা
মথৌদা পূক্লীং চঙনরি
কূম্মে হরাউ মতমনিনা
লোইনা পূক্লীং লাংতক্লে।

পূংজা হেনজিনখিরমলে
ফিজি হুমাং তৈথোক্লা
মনে চন্দ্রানা হায়রকই
    'রজনীদু লাকত্রেনে
    মাগী মোনবসিননে।'
মিকূপ খরই তুংদনি
মমিৎ মমায় পূমঙাঙ ঙাঙ
ফীবম হাইফেৎ কায়নদি
    রজনী লাকই তপ্পপ্পা
    মরু লৈদা লূকতুনা।
মোমোন নোক্লা চৎখিবা
মায়থোং মক্লা হল্লকপা
চন্দ্রা পূক্লীং পেনখিদে
    পূর্ণিমাগী থাজদা
    রাহূনা তংখায় উম্বগুম
    মায়থোং মকখ্রে রজনী
    ঙাইহাক্তংগী মনুংদা।
ঈথক্তা লৈবা ঈশ্বরতনা
কূম্মে পূম্বা খঙগনি
    মীওইবা ওইবা কনানা
        করি ওইবা খঙখিদে।
লূম্লবা খোঙথাং থাংদুনা
মায়থোং লৈদ লূক্তুনা
হৈনীংদনা য়াওখি থবক্তু
মনে চন্দ্রাতনদি

মূনা য়েংখি মঙোন্দা।
লৈত লায়রগী ৱাখল্লা
মনুং মপান চীক্লবা
থবক শূবা পূম্বদি
অমনা অমবু উনদে
অঙম তান্নরি থবক্তা।
মথংগী নুমিৎতা উখিদে রজনী
মনে চন্দ্রাসু লাকখিদে নুমিত্তু
ঙাঙনরকই অসুম মীয়াম্না
'থৌরী য়ান্দুনা শিরম্মে
ঙরাং অহিং রজনী।'
তাং ২/৩/৮৯ ইং

## ইমাগী খূৎসাশিংদো

লোইনাইদ্রবা শিনফম্না শোকহল্লবা
ইমাগী য়ু য়ু লাউবা খূৎসাশিংনা
ঐগী মায়দা নঙ্গন্দা নানবিখিবা
নীংশিংলকই, পাল্লকই নৌহৌনা ঙসি
চোকথরবসিদা, তৌফম খঙলক্রবসিদা।
মাঙশোক ফল্লেন ফমদুনা
মপারি মমোম ওইবশিংবু
ব্বারক ব্বাতেব্বীখিবা
মমাঙদা তুবৎ চৎঙমদবা
পম্বৌ ওইবশিংদুসু উনিংলকই
শিন্থা পীবদুসু পামজরকই।
ফিজেৎ-ফিগাই শেৎপী পলেমগী
ফৈজোম খোংদাই শেৎপা পম্বৌগী
লেপ্ত্ত না পীরম্বা পাউতাক পাউমেন্দু
খঙদে করিগী নীংশিংলিবা
চিরবা পুন্সিগী চৈরকসিদা।
ইমা লীশীংগী খূৎ লীশীংনা
খাঙহৈবা কৎথোকপগী গুণতনা
মখোয়গী মবুদ্ধি মরৌশিংতনা
লিম্থোইঙম্বী লীশীং লীশীং
মরৌশিং লৈবী লীশীং লীশীং
মহাত্মা কয়া লৈশেম্বা কয়া
পুথোকখিবনি ইরমদমসিদা
মিংচৎ থমখিবনি মালেমসিদা।

চায়োক নাউয়োক ফজবদুতনা
কৎথোকপগী শক্তিদুমক্না
শোন্নরিবনি 'স্বর্গগুম নীংথীজবী লমদমনি।'
কুন্মাথোইশুবা শতাব্দীসিদা
থৌরী লীশাং থারবা
অফবা ফত্তবা মশক খণ্ডদ্রবা
কোয়ঙাওননা চেল্লবা ইচাশিংসি
মেনকা, রম্ভা, উর্ব্বষিশিংগুম্বী
কামদেবমকপু মায়থীহল্লবী
চাওখৎপগী চীংদোল তল্লিবী
মতীক চারবী মমাশিংদুগী
তনৌ-তনৌরবী খূৎশাশিংদুনা
শোকপিখিবগী, নানবিখিবগী
ফংদ্রে খূদম অমত্তা ঙসিদি।
অদুনরা নীংশীংলিবা ঐনা
চিরবা পুন্সিগী চৈরকসিদা
ইমাগী য়ু য়ু লাউরবা খূৎশাশিংদো
নানবিরকপদো ঐনা শাউখিবদো
ঈচীক হুল্লবা অহিং কয়াদা
নানবিরকপদো হঞ্জিল হঞ্জিল
ইমাগী খূৎশাশিংদো।
তাং ২৯/২/০৪ ইং

## মীতৈ নুজা

মল্লিঙৈদা হৌগৎচৈ চাউবী
মপুরোইবগা থবক চৎকনি ঙসি
ইমুং মাঙ্গোল তৈথোকচৈ
কোল লীক ঙন্তা ফেংদোকচৈ
লৈ-সু শুনা হেক্লগা
ঈরু মায়থজরুরে
তুলসী পত্রসু হেকচরে
ধূপ থাউমৈ থাদুনা
সুর্য্য পূজা কৎচরে।
মচা মরিমক হৌদোকপি
মমায় মমিৎ তাথোকপি
চা লোন্দুনা পীথকলে।
ফি-রোল খরসু লাকসিনজৈ,
পোত্থাবা লৈতে চাউবীদু
চাকখুম তন্না মচঙজৈ
মথেল লুক্কোয় মরাঙজৈ
চাকখুমদগী চেন্না চেন
মচাশিংবু লাইরিক তাকপিরুই।
মপুরোইবদি হৌজিক ফাও
খোমলেন মীকপ থোকপিদ্রি।
মপুরোইবা কিজবনা
মচাশিংদু লাঙহন্দে
লাইরিক্কা লাউনা পাহন্দে।

মপুরোইবা শাউগনি
        কিজরুইদো চাউবীদো
'অশোমথংবা কাদা পারুচো'
        মচাশিংদু থাদোকখি।

        পূং নীপান তাখরে
        মপুরোইবে কাদদি
                চাউবী তপ্পা চঙলকই,
'তারিবরো? তারিবরো'
        কিনা কিনা কৌজরুই,
'কৈনো কৈদৌরবগে
        নুংঙাইতেদা নখোয়সে'
'ঙরাং হায়বদো চৎলসে
নুমিৎ অসে থেঙজিনখ্রে
        মী উন্নবা ফংলরোই
                য়াহৌ য়াম্না ঙনবনে।'
        কিনা তপ্পা খুমজৈ চাউবী
        মখা তাবা পাউখুম ঙাইজৈ।
তন্দে মান্দে লেঙখৎলকই
মমিৎ কোয়না য়েংবিরকই
শাউরপ তৌনা হায়রকই—
        'ভাব তাখিদ্রে নঙসে
        হেক মিৎয়েংফম অসিদা
        করিগী য়াংকোক থন্লিবা
        থাপ্পা কাওখ্রো হায়বরা?'
মনাক মক্তা থম্লুবা নত্তে
য়েংবদা উরুবই ৱাতনি
        চেন্দুনা চাউবী ইনশিনজৈ
                কৈদা শোয়নি শেন্নজৈ।
'হাই তোম্বা, তোম্বী, ইবোরা, ইবোবী
        কোই কোক্লবা হেন্দলদি?

তুথ পেষ্টনা কদায়দা?
ঈতূম্নবা খূদৈদি?'
লাইহিক পাজরম্বা মচাশিং
মমিৎ মনা থক্কৎনা
যূময়ায়দুদা কোয়চেন চেন
মপাই নীংবা থুংহনখি।
অদুফাওদা কিশোর সাহু
শাউদুনতা অদুম লৈ
পেনবা কৌবা সুকলৈ লৈতে।
চৈনা চৈনা শাউনা শাউনা
খোঙহাম খূৎহাম লোইখরে
ঈরুজবা চৎখরে।
কিশোরনা ঈরুবা কারকপা
চাউবী ফমুংদা হিপ্লম্মী
'করি তৌরে হুজিকমুক?'
চাউবী ফিংলপ হৌগৎচৈ–
'কোকসে ইনুং নুংঙাইতে
মিৎসু ঈথক ঈথক থকই।'
'এ! তন্দুনা তৌবা ওইরিনি
ঐনা ঈতূম্লম্বা খূদৈদো
পোপ পোপ শূর' ফৌরুচো
'দুগা মরাইনা ফজনি।'
চাউবী ঙমদ ঙমদ চৎখ্রে
পুখ্রি মায়কৈ পাংন পাং।
ঙসি মঙানি তরানিসি
চাউবী মশা নুঙাইতে
নুঙাইতে তোয়না হায়বনি
অদুবু তাবিনবা কনা লৈখিদে।
ঙমদ ঙমদ অদুম হোৎনৈ
অরোইবা লিংজেল ফূদোক্তুনা চাউবী।
মপুরোইবৈ খূদৈ শূজরে

মচাশিং লোয়না কৌজরে
মখোয় কোয়না ফমহ্‌ললে
অৱাৎ অপা হাপ্তুনা
মবূক থন্না পীজরে।
'অঙৌবদু লৈরিব্রা
খরগমুক হাপ্লকউ'
চাউবী লোইনা হাপতোকচে
মচাশিংসু মপীজে
মাগী হায়বা লৈতৌদে।
'মপুরোইবৈ পেনবদি
মনাইনুবী'সু পেনবনি'
থাজনবীনি চৎনবীগী
চাউবীসু মীতৈ নুপীনি
কৎথোকপদা হালেঙদে।
ময়াম চাবা লোইনখ্রে
খূৎ-সা হাম্নখ্রে
লূখাক ময়াম কোয়চাই চাই
চাকখূম মাঙদু পূমথুং থুংঙি।
মপুরোইবৈ লূকফমদা
মাগী খরা হাপচরে
অহাউ'মখৈ লেমহৌদ্রে
কাংশোই খরা লেমহৌবা
তেঙ্গোৎ মচা অমদা
মচাশিং চরা ৱান্নবা
খর'মসু খাইদোক্লি।
চখোম অমা'নি
হূকপদমক মঙায়রি
কিশোর সাহু লাউরকই,
'লোইদ্রিবরা হৌজিকফাউ
তপখ্রেদকো নহাকসে
মী ওইরোই ইবেম্মা।'

'লোইরে লোইরে লাক্লগে
কোনলীক হোরেল ফেঙলগে।'
হায়না হায়না চাউবীদু
মবূক থনবোই থন্দবোই
লূখাক তনশেং শেংদোকই
পুন্নপ চাকশঙ-মচীদা
হোরেলগীদমক থনমলে।
পামদি পামজদবনি
লূখাক ফেংদ' থনম্বা
মপুরোইবা কিমনবগী
তৌদ য়াদ' তৌবনি।
পরপ পরপ লোইশিল্লি
মচাশিংদো পাওমেল্লম
হান্না থোঙ্গাল য়ৌখ্রবা
মপুরোইবই তুংইঞ্জখরে।
নুংথিল পূং অনীরোম তারে
মপুরোইবনা মমাঙথং
চাউবী শোন্না চঙলকই।
লম্বী লমশাং চৎলুবনে
মশানগা ঙমদবনে
চাউবী ব্রানা উখরে।
'মতুং মনাওদিনে নঙ
চৎমিন্নবৈ ব্রা লৈতেকো
ঙাঙহন্নীংদবা ব্রা কয়া
ঙাঙঙি য়াম্না নহাক্তি
নুপীনা ব্রা ঙাঙবসে
ঐদি সুকপাম পামদেকো।'
'করি কায়গে মাই পাবুং
চানীংঙাইদি লৈরক্রে
খিত্তং হান্না কারক্লবা
হায়জবগী ব্রাতনি.'

হায়রম্মগা চাউবী চঙখরে।
লাউবা হৌরকই কিশোর সাহু
খূদে কদায়, শেন্দল কদায়,
কদায় তোম্বা... চাউবা...
পুন্নাঙ লাঙঙি শাউরংনৈ।
পুশিল্লকই চাউবীনা
মপুরোইবই অপাম্বা পূন্নমক।
মফি মরোল হোংদোকই
লংশিল্লম্মী ফম্মাংদা
খোংঙূপ, মোজা পূমচাই চাই
লৈমায়থক্তা তাহৌই।
ফমুংচঙনা পোৎথাখ্রে
খোম্লেন শাংবা য়াতাখ্রে।
ঙমদ ঙমদ চঙদুনা
চাউবী কোনয়াম ফেঙলুরে,
ৱাবনা শদৌ থোংখরে
কুইনা য়োক্লকপা অনাবা
ঙসি মথি ফোংলকলে।
'তোম্বা লাউ ইমাদা
দাদাখোয়সু কৌরকউ'
মচা মরি চেল্লকই,
'ইমা ইমা করিনো
অচাপোৎ পীগে হায়বরো?'
মমাদি হীপলি ফমুংদা
হুমাংনা পূমচোৎ চোৎতুনা।
'ইমা হকচাং নুংঙাইতে
নখোয় লাপ্পা চৎখিনু
য়ুমদা শান্নৌ ঙসিদি।'
'কৈসু চৎলোই' হায়না হায়না
মরী মরী চেনখরে।
চাউবী মমিৎ ঈথক থকই

মশা ঈনম ঈনম নশ্মি
ক্রক-ক্রক, ক্রক-ক্রক ফাজীল্লকই
তোয়না থক থক নীকলকই।
লোনথোক্তবগী পূক্লীংগী বা
কনানা খঙলুগদগে
করি হায়নীংঙমগবা ?
ঙাঙবগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে
চাউবী অমুক হৌগৎত্রে।
মপুরোইবনা চৈগনি
মচাশিং লাপ্পা চৎখিনি
ব্রাখল লাপ্পা লৈখরে
চাউবী মমিৎ উইশিনখ্রে।
ময়ুম পাল্লকঙেদগী
ব্রাখলদসু পাঙ্গলদসু
পোৎথাবা ফংজরক্রবী
মীতে চনু লাইবকচাউবী
পোৎথাজরে চীক্লা ঙসিদি।
'খাঙবা কনবীনি, পুকচেল থোৎপীনি
থৌনা লৈবীনি, লিংজেল পানবীনি
অথীবা ব্রাহৈদসু শাউদবীনি
মপুরোইবগী য়াথংতা ইনজবীনি
মালেম নুপী পূম্বদৈ হেনবীনি
তোপ তোপপা গুণ চেনবীনি
তশেংবী মীতে নুজানি।
সতী ওইবী মপুরোইবা নীংবী
মীতে নুজা অখাঙকনবী।'
থাগৎনহৌই মাঙলবতুংদা
শোন্নবিহৌই চাউবী শির'তুংদা।
মথৌ মঙম লোইখরে
চাউবী পুন্সি লোমখরে
থাবুম মঙা মপূংবু ফাদ্রি

মীয়াম্মা ঙাঙনরকই সুম

'কিশোর সাহু লুহোংঙে হায়য়ে।'

তাং ৩১/৫/৯৩ ইং

## অসিতনি উপায়

ইমা, ইমা, মাঙলেদনা ইমা!
করি মতৌনো ঙসি উরিবা
কায়রবা মূর্ত্তি ওইরেদনা সিদি
লেঙওৎপা ঙমদ্রেদনা ইমাদি
মচেৎ মচেৎ মচোই মচোই
ইমাগী হকচাং কায়াৎ পূম্বা
            য়েংহৈদ্রেনে অপোকপী।
চায়াম পোকপী ওইরুবনা
লমহেন তুহেন য়াওরকপনা
পলেম পুন্সি পিখম্লনবা
            মরম ওইরেনে ইমা।
কৈদৌরুনি হৌজিক্তি
কনবা অমুক ঙম্লরোই
পলেম' মিৎলু পিরাংসু
            উবিগনি নচা কনানা?
কোকত্রিনে হৌজিক ফাওবা
ইমাগী খোঙদা খূত্তা
য়োৎহ্লিং চল্লুবগী মমিদো।
ককথৎখিবদো নচাশিংনা
য়েক্লুবগী য়োৎহ্লিংদো
            মতম অমগী অকনবা থৌনানা
            মতম অমগী অপূনবা পাঙ্গলনা
            নীংশিংলিবরা অপোকপী?

অদুবু ইমা,
অদুগুম্বা নচাশিংদুমক্কা
অদুগুম্বা শূরোলশিংদুমক্কা
ইমাগী হকচাংদা খূৎলায়না থাররে।
হিন্দু মুসলীম শিখ ইশাই
চীংমী তম্মী জাৎ বিজাৎ খায়দনা
মিৎয়েং অমত্তগী অপূনবা লীচিংনা
পুনশিল্লম্বা মীওইবা জাতিগী থম্মোয়
কদায়দা মাঙখ্রে মঙ্গলগী ব্রাখলদো
পূম্নমক অসি মঙলাল্লা অপোকপী?

লাক্লো হে রবীন্দ্র! হে বঙ্কিমচন্দ্র
মীতৈগী অথৌবা হে ইরাবত!
থম্মোয় ঈথক হৌহনবা ঙম্বা
নখোয়গী যাদুগী ঈশৈ শৈরেং কয়া
পাইথোকহল্লো মশা খপ্না মালেম মকোয়দা
অমুক্তা কাম্বিয়ু 'পূনশিন্ননবা মন্ত্র'।
হে হৈশিংবা অমাইবা অমাইবী
লৈত্রবরা নুংশিননবা পূনশিন্ননবা
অমত্তনি খনহন্নবা 'যাদু মন্ত্র'।
অদুগা লোয়নননা তাকপিয়ু
তোখাই তারিবা ইমাগী কায়াৎশিং
শাগৎনবা উপায়।
ঐগী মীগী, ইচা মীচা, জাৎ কুচু —
খূরবা ব্রাখন্না মাঙনরি ঙসি;
ইশাগী খোঙদা শীংজংনা যানজরি
ইশাগী হকচাংদা থাঙশাংনা থিনজরি
ইমা অমত্তই মচানি কাউদুনা
ঈ চূপ্পরি অমনা অমগী।
ঙাংশাং ঙাঙবা ঈ-ঈ
ঈতনা থূমজিল্লক্লে মালেম

ঈগী মহাউদুনা ময়াই কাখ্রে
মী হাৎপনা নুঙাইবা ওইরে
হাৎপা ঙম্বনা অচুম্বনি খল্লে।
হে শকনাইদবা! তাইবঙ শেম্বীবা!
হাৎনবগীদমকতি করিগী শেম্বীরিবা?
করিগী পীরি ইমাদা অৱাবা?
মমৈ পান্দবা মতু চোমদবা শা কয়ানা
চানীংবা মতমদা চারি শদোং,
হাৎনীংবা মতমদা হাৎলি মীওইবা।
তম্মলাইগী তম্মলাইমক্তা
ভূটকী ভূটমক্তা
মায়কৈ পুম্বা লাঙ্গোয় চনখ্রে ইমা।
লৈরাংগী ফজবা হৈরাংগী নীংথিবা
মহৌশাগী নীংথিবা ঋতু নাইবা খোঙচৎ
লোইনা হোংখ্রে লোইনা লেপখ্রে।
থাজদ্রে ইমা থাজদ্রে
কনবা ঙম্লরোই ইমাবু নচাশিংগী খুৎতগীদি
য়েক্লবগী খুৎতই কনবনা
থোইনা লায়না থোক্লনি।
লেঙওৎপা ঙমদ্রবা মওংদা লৈরবা
হাইহুম্বা ঙমদ্রবা ইমাগী খুৎসিনা
কনানা থিন্দুনা তাকখিনি ঙসি
হান্নগুম অচুম্বা লম্বীদা?
তাক্লবসু পাম্বে লৌবিনি কনানা
মমা মশক খঙদ্রবা মখোয়না?
লুচিংবা ঙাক্তা, অঙম্বা ঙাক্তা
অখঙবা ঙাক্তা, অহৈবা ঙাক্তা
'অচুম্বা' খঙনা খঙনা
অরানবা তৌবা ঙাক্তা।
অতিয়া অমতংগী মখাদা
হিংমিন্নবা মীওইবনি কাউনরি

কোরৌ অমতংগী মঙালদা
শান্নমিন্নরিবা ঐখোয়নি নীংলুদ্রি
মালেম লৈকোন্নুংসিদা
লৈশাৎ তম্মিন্নবা লৈরাংনি কাউরি
ওম্বোক্লা পঙঙিদা মীওইবা নখোয়সে।
ইমাগী শক্তম্বু য়েংজরগা
নচা লীশীংনা কোয়রদুনা
শকচখিবা পেন্না মতম অমদা
মালেম শীনবা থুংনা 'অপূনবগী ঈশৈ'
'বন্দে মাতরম', 'জনগণ মন'
সুরদুদি মাঙহৌদ্র থম্মোয়নুংদা নিলহৌরি
নুংশিবদুদি মূৎখিদ্রি লকানুংদা য়েকহৌরি।
লাক্লো মীতৈ নুজাসা
মমা ওইবী কাঙবুসা
খ্বাংচেৎ মচি লাংশিনসি
শম্বুল চেৎনা পুনশিনসি
খূত্তা খূৎলায় পায়খৎসি
ভৈরবীগী শক্তম ওল্লসি
থোৎপা মেঙবা থাদোকখ্রো
ইমাগীনি চোংথোকসি
মায়োক্লসি হল্লোইসি।
অরোইবা লানফম ময়ায়দা
মায়থীবা ফংবা থোক্লবা
তারিবরা খোয়নৌসা, নুংশিরবী ইনাওসা!
নুংশিবা থৌজাল লোৎসিনসি
ইমিৎ চেজেৎ উইশিনসি
থম্মোয়নুংদা থমজরিবা, আশাগী হৌফম ওইজরিবা
ইপুরোইবা পাম্মুবা,
ফিজিগী লননি খঞ্জরিবা, পারি নাব্রা নুংশিবা
ইখূৎসিনা মাঙহনসি
অরোইবা পুন্সি ওইহনসি।

তম্নলাইগী খূত্তুনা মচেৎ মচেৎ শেৎপদো
নখোয় য়েংবা ঙমগদ্রা?
হিংনা ঈ থকপদো
খাঙবা ঙমগদ্রা মীতৈ নুজা?
কাউরোইদবা অমনা, খাঙশাং অদুমক্তনা
ইশাগী থম্মোয়দা থিংজিনসি
অরোইবা য়াহীপ তান্নসি
অসিনি অরোইবা উপায়
পাঙ্গল লৈতবীশিংগীদি
অসিতনি ঐখোয়গী উপায়
অসিতনি।

তাং ৫/১০/৮৯ ইং

## লাক্লো ঐখোয় পূল্লসি

হৌরকফমসু নহাক্লি, মাঙহনবসু নহাক্লি
য়োকপীবসু নহাক্লি, কনবীবসু নহাক্লি
শক্লোন লীশীং ওন'ঙম্বা
নুপীজা নঙগী শক্তম্লি।
পলেম ইমাসু নহাক্লি, লোয়নবীসু নহাক্লি
শেমগৎপসু নহাক্লি, থুগাইবসু নহাক্লি
ওন্নীংবতা ওন'ঙম্বা
নুপীজা নঙগী নওংনি।
মালেম শীনবা থুংনদি, কোলোয় মমিং লৈরবা
মীওই মপোক পূম্বনা, নুংশি মিৎয়েং থল্লিবা
লাইবক ফবা ওইরিবা, তাইবঙ ওইবা কয়াদো
লাইরেম্বী শক্তম লৌরিবী
নুপীজা নঙগী থৌজালনি।
মীরকতিনবা ঙমদনা, কয়া অমা মাঙলিবা
অরানবা চীঞ্জাক চাদুনা, কয়া অমা মূৎখিবা
মাঙলে খঙনা মাঙলিবা, সমাজ মিংচৎ থীহনবা
নুপীজা নঙগী মিৎয়েংনা
চিৎথরম্বা নচানি।
ঐগী ঐগী চৎনরোল, ঙাক্লা চৎপা কয়ানা
পজেং ফীরাল থেৎনবু, কোরৌগুম মঙাল চাউনবু
মায়থোং ঙান্না পাল্লিবা, তমজনীংঙাই ওইরিবা
ৱারক ৱাতেম হৈজবী
নুপীজা নঙগী খূৎশেম্লি।

চৎন পরীং কায়দনা, ব্রাখল লৈনা হিংলিবা
মীতেক মীরৌ খণ্ডনদি, পাঞ্জরিবা মখোয়গী
লাইবক খেল্লাই থোংদুদা মশেক মঙাল উরিবা
নুপীজা নঙগী নগুন্না
ওইহনখিবা ঙাক্লিদো।
সীতা, শৈব্যা, সাবিত্রী, কুন্তি, গন্ধারী, দ্রৌপদী
মীতৈ লৈমা সতী কন্যা, মপুরোইবা নীংবী অথোইবীগী
মাঙবা নাইদ্রবা পুন্সি ব্রারী, নীংশীং নুংঙোলহল্লিবা
মহৌশা লাইরেম্বীগুম্বী
নুপীজা নঙগী শক্তমনি।
'নুপী' অমগী মহাকথক, ইমুং মচেৎ তারিদো
ঈচীল ঈনাও মরীমতা, য়েক্লববু ওল্লিদো
হেলেন মাগী মশুংলাং, ত্রোই লৈবাক তুমখিদো
ইতিহাসনা সাক্ষীনি, মাঙবা লৈরোইদবনি
শায়োল শক্তম কয়ানি
নুপীজা নঙনা ওইবনি।
খাঙবা কনবী নুজানি, থম্মোয় থোৎনা উয়বীনি
ঈতীংলবা ব্রাগুম্না, উয়রবা পুন্সি ঙাক্তনি
হায়নখিবা ব্রাফমদা, অচেৎপা ব্রাশক থম্বিনি
থৌনা লিংজেল লৈবিনি, নুপী লাননা সাক্ষীনি
কাউবা লৈররোইদবা
নুপীজা নঙগী শক্তমনি।
লাইরিক লাইশু হৈজরে, লৈবাক মীরক তিনজরে
মালেম মীয়াম মরক্তা, নুপীগী ফিদা ফংজরে
পূনশিল্লসি লোইনমক, ঐখোয় খূৎশম্নরসি
নঙনা কৈদা, ঐনা কৈদা, মূক্লববু থম্লোইসি
সমাজগী য়ূম্বী ওইরিবা, নহারোলবু কল্লসি
মহৈ মশিন হৈহনসি, লমচৎ শাজৎ তম্বীসি
মমান্ন' মায়োক য়াবদা, মশেক মঙাল লৈহনসি
মালেম পূম্বা তুমহনবা, লায়না পূম্বা লায়েংসি

ঙমলোইদবা লৈতেদো
নুপীজানা নীংবদা।

পারি ইমোম মাঙলিবা, হিংনা হিংনা শিরিবা
অফ-ফত্ত খণ্ডদনা, শোন্থদুনা তারিবা
পলেম ফৈরা তাজিনথক, নুংশি চান্না কোন্দুনা
অহিং নুংথিল অনীমকতা, মীকৃপ নাহুম শেন্দুনা
ইশাগী অব্বাবা কাউদুনা, মখোয়বু 'নাক্তা চিংশিনসি।
মখোয়বু শেমগৎপতনা, নুপীজাগী ইথৌনি।
পারি ইমোম মাঙলবা, জাতি তুম্না মাঙবনি
খৃৎশম্নমা পূনশিনসি, অকনবা ৱাশক লৌরসি।
মশেক মঙাল চাউরবা, জাতি অমা ওইহনসি
থৌনা লৈজে উৎলসি , নুপীজা লৌশিং পুথোকসি
হন্না হন্না নীংশীংসি
জাতিবু কনবা ঙম্বীনি
লাকলো ঐখোয় পূল্লসি।
তাং ১২/১২/৯২ ইং

## অহোংবা

মখাং কোল্লবী হনুবী অদুনা
চপ লেপখি দলান মপাদুদা
কোল্লবা মখাং তিংখত্তুনা ৱানা
মখূৎনা মমিৎ খল্লদুনা
য়েংনবা হোৎনরি শেমশাদুনা
মথোল মঙাগী দলান মতোন্দু।

ঙমদে য়ৌবা মাগী মিৎয়েংনা
অৱাংবা মতোলদু মানা তাল্লিবা।
তারি অৱাংবা দলান মতোন্দগী
রোক ম্যাজিকী হৌরবা মখোল।

ৱাংলবা দলানগী লাঙলবা মরক্তুদা
উরকই ঙসি শংশংনা মমিৎতা
চহী কুন্থ্রাগী মমাঙগী য়ুম্বান —
তরু তনান্না লৈজবা য়ুমজাও
মতৌ লৈরবা মখা শঙ্গোয় মমাঙ শঙ্গোয়,
চিথেক মরিদা হৈপাল লৈপাল
হৈনৌ, হৈগ্রু, হৈনৌজোম হৈখা
মালহৈ মোনজামহৈ মোতোকহৈ,
সনারৈ, সংৱ্রৈ, কুন্দালৈ, কবোকলৈ
কুথাপলৈ, পেত্রুকলৈ, তখেল্লৈ, চিগোংলৈ
আতরগুলাব, যাতিকূপ্পি, চিনিচম্পা, উরীরৈ
অমত্তা ৱাৎতনা কোয়না হৌবা।

ইংখোল মতোলগী পীক্লপ্পা পৃম্রি
লূরবা লাইজনা চোন্দুনতা লৈবা
থম্বাল থরো থারীকথানা
মনীংতম্না শাৎচবা
হাইনা হুম্না শান্নজবা
নীংথমথাগী তারমদাই কোরৌ মঙালদা।
ফমজখি নোকচখি মপু মনাই
থৰায়তানা য়েংজখি নীংথিবা দৃশ্য।
তুংগী মঙলান শাগৎচখি
অৰা 'পূম্বা কাউথোকখি।

চাক্লেন চারবা মতুংদা অয়ুক্কী
ৰারী ৰাতাই শাজবা খোয়দানা
পৃকচেল খোয়জেল তিন্ননা পাঞ্জবা
উজরি মমিত্তা মপুরোইবা তোমালবু
নোকপদা পকচবা নীংথিবা য়াতোনবু।

অকনবনা অশোনববু নমথরবা মতম
লীৎথোকপা ঙমখিদে লায়রবশিংনা।
অপোকপগী ফূড়া থুগায়বা হাক্তক্তা
কন্নবা হোৎনজবদা থৰায় কৎথোকপ্রবা
থৰায়দগী হেল্লবা মপুরোইবা তোমালবু
উজরি মমিত্তা অহল ওইরবীগী,
তৈথোক্লি পিরাং খুইরবা খূৎতুনা
তপ্না চৎলি লেপ্পস্বা তোকতুনা।

ঈংখোল চিথেক মরি কোয়না
চিংনা চিংনা য়েংনা চৎখি,
অৰা নিংশা তোয়না হোন
মচীন্দা মুরুম মুরুম শোন্না শোন্না
মমাঙগী মল্লবা খাংপোক্তুদা।

দোলান মতোনদগী গীতারগী খোঞ্জেল্লক্তা
ড্রম সেটকী অকনবা তাম্থারক্তা
শক্লক্লি খোঞ্জেল হৌনা
'হেপ্পি বর্থ দে তু য়ু... ...।'

তাং ২৭/৭/৯২ ইং

## পাউখুম থিয়ু

হাঙলবা ৱাখলদা মল্লবা পূক্লীংদা
হাৎনশুনবগী অৱাবা মরক্তা
মমি তাররি তরু তরুনা
উরীরে মাধবীগী লৈশক লৈচু
মধুমতি যাতিপুষ্পগী নুংশি লৈনম
তাইবঙ মীকপ থোকঙমদে
নুংশি মঙলান চৃপ্পুনা
মীকৃপ কয়া লেল্লকলি।
নোংজু তাম্বা তারু খৃদিং
থম্মোয় মৈগুম শারক্লি
পাইরিবা পূক্লীংবু থিংঙমদে,
পাইরো পূক্লীং য়ৌনিংবা মফমদা
য়েংলুনু কনাসু কিরুনু নঙনা
হকচাংনা য়ৌ'ঙমদবা মফমদুদা
চৎলু লেপ্পু না কোইপাই পাইদুনা
অতিয়াগী ফজবা হেনগৎহনবা
পশোৎকুম ঙৌরবা লৈচিলদুনা
ঙসিদি করিগী পূক্লীং থকহন্না
অমম্বা শক্তম লৌদুনা
লাউখোংনা হৈথরক্লিবা নোংলেন ওইনা
করিগীনো হংলম্মু নঙনা শোয়দনা।
থম্মোয় খৃদিং মরাং হৌহনবা
অহিংগী থানিলদু নীংথিবা

চাওখৎপগী লংলবা মৈঙালনা
ঙসিদি কদাইদা লোৎশিনখ্রবা
হংলম্মু অমুক্তা নহাক্লা।
চোংঙা তেনবা চরোয় শেম্বাং
তুম তুম য়াকাইরম্বা উথুমগী খোঞ্জেল
মখল কয়াগী নুংশিবা পোম্বী
কদায়দা লোৎখি হংলকউ লেপ্ত না।
মালেম ইমাগী অশংবা ফিজোল
বসন্তগী লৈরাং লৈনম্লা চূরবা
মালংগী ইপোম্মা হাই হুম্বদা
কবিগী থম্মোয় শাৎকায়হনবা
কদায়দা চৎখরে হংলকউ শোয়দনা।
থম্মোয়গা থম্মোয়গা শকখঙনবা
মতেং ইতেং পাংনরম্বা
শেৎন-খাইনা তৌনদুনা
লৈজবপূম্বা য়েন্নরম্বা
ঐগীতং হায়বা কাউথোক্তুনা
য়েন্ন-য়েন্ন চামিন্নরম্বা
মৈরিংবই চৎন পথাপখাদা
পূন্না পূন্না হিংমিন্নবা
ঝাখল্লোন্দু কদায়দা মাঙখ্রবা
হংলকউ অখঙ-অহে কয়াদা।
ফংদ্রিমখৈ পাইয়ু অদুম
পাউখুম পূম্বা ঝাহংশিংগী,
চৎখ্রো অদুম হল্লক্কনু পূক্লীং
চৎখ্রো মায়াগী হকচাংসিদগী
চৎখ্রো অদুম চৎখ্রো
লৈচিল পোমাই হাংদোক্তুনা
চৎখ্রো অদুম পাউখুম থিবা।
তাং ১২/৩/৯০ ইং

## ঙাইরুনু অমুক হায়নীংবনি ঐদি

সহরদগী তাল্লবা খুঙ্গংগী চিদায়সিদা
অচৌবা পৃথ্বীসিগী মপান্দা
মল্লবা য়ুমদোনপোকসিদা
পোকখিবনি নীংথিবা পাখংসি।

চাউরবা পৃথ্বীদুগী মপান্দা হৌবা
হেনৌ পাম্বীদুগী উহে চারদুনা
অকোয়বগী ঈশিং নুংশিৎনা য়েদুনা
চাউরকখিবনি মশা ফরবা পাখংসি।

কুন্মাথোইরকশুরবা হৈনৌ পাম্বাগী
হৈনৌ মহীনা তিনখ্রবনি মাগী ঈচেলদা।
মফমসিগী ঈশিং নুংশিৎনা য়েবদা
তেকখৎহনখ্রবনি মাগী হকচাং।

নোংজুথা তরানিথোইরোমদি মহাকসু
নৈখিবনি ষণ জুরাগা খুনগী লবুক্তু
অশংবা ফৌনাগী পূক্কৈনুংদগী
সনাগী লনগৈ ফংননবা।

তল্লকখিবনি পাখংসি অহানবা অনীশুবা
খুঙ্গংসিগী শেগায়রবা পাঠশালাদা,
হৈনৌ পাম্বীসিগী মখাদা ফমদুনা
ঔরাইরকখিবনি শুপ্পাক কয়ারক।

অঙাংদি নীংথাদা খঙডি হায়নৈ
ফরকপনি পীকলিঙৈদগী ফরিবনি ঙসিসু।
অঙাং অহল লৈশাবী পাখং
আশানি মহাক্তি খুনগী মীওইশিংগী।

ষণ জুরাগী গাড়ীদা থিন্দোকখিবনি
সহ্রদা মহেৎতম্বা চৎপগী
হ্রাওখিবনি মীপূম খূদিংমক
শেমগৎলগনি হায়না খুঙ্গংসি নোংমদি।
কনাগুম্বী নুরাদি কৎখিবনি পিরাং শিম্বনা
পূখম চোল্লবা হৈরাং লৈরাং খুন্দুগী লাইরেম্বীদা
করিবু নীংজখিবা ঐবুদি খঙডি
হায়বদি হায়ররোই মঙফাওখিদ্র' মঙলান্দু।
নোংমা লাকখি কুমজা মঙাগী তুংদা
সহ্রগী বাবুনা কৈদৌনি নীংথিজবদা
লৈরমখি থাবূম অমখক য়ুমদোনপোকসিদা
হ্রাওজখি খুঞ্জাশিং মখুনগী পাখং উজবদা।
থাবূমদুগী তুংদগীদি পূম্নমক ওনখি
খুঙ্গংগী থব্বায় শক্লবা পাখঙদো
সহ্রগী মচুনা চেৎনা চুপ্লে
কনাই ব্রা তাদ' লৈপ্লে সহ্রদা।
ঙাইজখি খৌরাংনা খুঙ্গংগী চনুরা
তানীংবনা মপাউদো পামজবা মহাক্কী
অহিং কয়া মিৎশেন খাঙখি
ফোঙদোকফম খঙদ' ওপ্লোইনা লেনখি।
ঙাইরুরনু অমুক হায়নীংবনি ঐদি
অদুবু হায়ররোই ঙাইজরসনু নুজাসি
ঙাইবা হায়সিমক নুংঙাইবা আশানি
থাদোকপা য়াদ্রবা পুন্সিগী পাম্বেনি।
অদুবু হৌজিক ঐনা পামজবদি
আশা কায়খি'গুম খুঞ্জাশিংগী
তেকহন্নীংলবনি য়ুমদোনপোকসিতংগা
হন্দক লাকপা ফাইরেনগী নুংশিৎতা
কাউখিবা য়ানবা কাউনীংলবা ব্বারীসি।
তাং ১১/৩/৮৪ ইং

## মিনুদা তর্পণ

ঐগী মিনু! নহাক্পা মমল য়াম্বা হেল্লি
হৌজিক্কী মীদগী
মীওইবনা থওইদে নহাকপু শানি হায়না
অদুবু মিনু!
নহাক্তি মপুবু নুংশিবা খঙি
লুনা নীংবিবা মীসু খঙি।
লাম্লবা মতমদা য়েংলকপা নহাক্কী মিৎয়েং
অপাম্বা থুংনবগী নহাক্কী পোরম
মীনা করিদা হেন্না থোৎ-মেঙলিবগে?
মীনা করিদা হেন্না হৈশিংলিবগে?
তাইবঙমীনা হূবা ঙমদ্রবা থম্মোয়
নহাক্তনা হূখি মিনু
নহাক্তনা হূখি,
অদুনা ঙসি শিন্থুরি পিরাং লেপ্ত না।
ব্রাকচিংগী উল্লেন লাক্লবদা
ওলাংমৈশাগী চৈনা ফংলবদা
অচীকপা মীকূপ কয়াদা
নহাকপু নীংশিংলি তত্তনা
অদুনা তত্তনা কপহল্লি ঐবু।

নহাক্পা পুংকক চাউরকপা মতম
ঐনা অহিং মচেৎ তূমখিবা

লৈনাংলক্তা লূপ্পুবা
অহিংদা কয়ারক চামখিবা!
পাঙ্গল হেনবা কয়ানা চীকপিবগী
হাক্কনবদা কয়া ব্রাখিবা
ঐনা ব্রাজরকপগী মহে ওইনা
নুংশিবা পীরম্লেনে নঙনা।
পীক্লবা নহাক্কী নকোক মচাদুনা
ঐগী খোঙসিদা ঙারদুনা
কয়ারক হন্না তূমখিবা
নিংঙাইবা লৈতনা করিসু খন্দনা
অশিবগুম তারদুনা তূমখিবা!
ঐনা নঙবু শানি হায়বা কাউখি মিনু
খঙনদ্রবা নহাক্কী লোলদুনা
করিবু হায়খিবা ঐ খঙদে
অদুবু মিনু, তিন্নখি নঙগা ঐগা
য়ানবা পুরকখি ঈঙ্গিত্তনা।
অয়ুক নুমিদাংব্রাইরম কয়া
ঐবু কোয়শেন শেন্নখিবা নঙনা।
ঐগী খোঙথাং ফাওবা খঙখি নঙনা
ঐগী শহুম কাউদে নঙনা।
ঐনা নুমিদাংব্রাই হল্লকপা খূদিং
লেপ্লম্মী থোঙ্গাল মনাক্তা
পূম্নমক খঙ উবগুম।
মিনু! কয়াতা ব্রাখিবা ঐনা
থম্মোয়সি কয়াদা চাকখিবা
নহাক্লা হল্লক্তবা নুমিৎ খরদু।
নঙদি খঙলম্লোই ঐনা কয়াদা কপখিবা
নুমিৎ হুম্নিগী তুংদা
নহাক্লা কোমদা লৈরম্বা
পাম্বৈদি লৈত লৈনাং লক্তুদা
নহাক্লা ব্রারমগদবা!

পূর্ণিমা লাকই, থাশি লাকই
শজীবু, কালেন, মেরা, হিয়াঙ্গে
চৎখি মতম' খোঙচৎ লেপ্তু'
নহাক্তি লাকপা কৌবা লৈত্রে মিনু!
অদুবু নীংশীংবদি লৈহৌরি
থম্মোয়সিদি কপহৌরি।
খন-চাং ওন্দুনা য়েংনীংঙি মিনু
হৌজিক্কী মীওইবগা নঙগা করি খেন্নবগে?
অদুবু খঙলে ঐ —
য়াম্না খেন্নরমলে
মখোয়দি নঙগুম্না মীশক খঙদে
মীওইবদি অফবা, ফত্তবা মশক খঙদে
মীহিংচানি মখোয়দি মশাবু মীনম্বনি
মখোয়গী মথৌদি মী ফাবা
মী হাৎপা, মী চাবা অসিনি।
জীব খূদিং মচাবু নুংশি
মচাগীদমক মশাবু কৎথোকই
মশাবু মচীঞ্জাক ফাওবা ওইহল্লি,
মচাবু কন্নবা হোৎনবদা
মথন্নাই ফাওবা থাদোকই।
অদুবু হৌজিক্কী মীওইবদি মিনু!
মমানা মচা, মচানা মমা
মপানা মচা মচানা মপা
ঈ-তোংনা শারবা মাগুম্বা মীওই কয়া
পংফাদা ফানৈ, পংচাদা চানৈ।
মশাগীতনি মখোয়না য়েংলিবা
ফংবখক্তনি মখোয়না পাল্লিবা।
অমবু অমনা নীংবিরন্নবদি
মীওইবনা মীওইববু মশক খঙনরন্নবদি
মপানা মচাবু ধর্ম্মনীতি তম্বিরন্নবদি
মমানা মচাবু হৌনলোনচৎ তাকপীরন্নবদি

করিগী ওইগনি ঙসিগী মীরোলসি মিনু!
ঙসিগী মীরোল তুংগী মীরোল
চপ মান্নরনি মিনু
ঙসিগী চারগী শাহৌ য়েংলগা
খঙগনি তুংগী খূদম চাংদম।
লৈত্রে অচুম্বা, লৈত্রে ফজবা মীওইবা মরক্তা,
শতাব্দী অসিগী মীশিংদি
লোইনা শা ওল্লবনি মিনু।
অদুনা মীওইবা কনাগীদমক্তা
কৎচনীংদ্রে ঐনা তর্পণ
হৈরাং অমা লৈরাং অমত্তসু
লাংবন থাসিদা।
অদুবু ঙসিদি কৎচরি ঐনা
ঈশিং খূজোক খূজোক নঙগীদমক্তা
স্বর্গগী নন্দন কানন্দা লৈরুনবা
শান্তিগী লৈকোলদা শাৎলুনবা,
নহাক্কী থৱায়না লৈরাং ওইদুনা
তিল্লুনবা তাইবঙ মপুদা
কৎচরি মিনু নঙগী তর্পণ
কৎচরি ঐনা।

তাং ২/৯/২০০৩ ইং

## চৎলো পারিসা

চৎলো পলেমগী পারিসা
নীংঙমদ' মৈচাক পুদুনা
নয়ুম লমদম পাংখরো।
শামি-লান্মী থোরকলে
কোরৌ মঙাল মাঙলকলে
অমম্বা মপৈ পাইরকলে।
ধর্ম্মনি মমিৎ তাঙলবা
আইননি মনা পঙলবা
কান্নবা লৈরোই হায়জরুবা।
ফজবা থবক্কা অসিনি
অচুম্বা থবক্কা অদুনি
কনানা ব্রায়েনবিরনি?
চৎখিবা নখোয়দি ফরেদো
অব্রা অনা কোক্লেদো
লৈহৌবা ঐখোয়দি ব্রারেদো।
নঙগী আত্মানা তেংথাবা
কনানা তাবিরমগবা
অরেম্বনি খল্লুবা?
নুমিৎ চায়থরকপদা
মতম হেন্নখরবদা
থিরুনি 'অচুম্বা' কদায়দা!
শুংদোক্লুনি অমুক অচুম্বা

তিলহন্খিনি ‘অরানবা’
অমত্তা ওইনা মান্ননা।
চৎলো পারি অথৌবসা!
অশেংবা অচুম্বা থিরুরো
তাইবঙসিগী ৱাংমদা।
তাং ১৪/১১/৯৫ ইং

## মোংফমগী মায়কৈদা

অকোয়বগী ঈশিং নুংশিৎ
অকোয়বগী হৈপাল লৈপাল
অকোয়বগী পৃথ্রী খোংবাল
অকোয়বগী পাৎ তুরেল
মচু ওল্লে মহাউ য়াওদ্রে।
কদম মপাল শাৎখিদ্রে
তোমালসু মহে য়ানখিদ্রে
কুমগী নোংমং উখিদ্রে
ব্রাহোং জগোয় শাখিদ্রে
হিংবগী নুংঙাইবা উখিদ্রে।
মীওই' পুন্সিশিংসু ব্রানরি
লৈরি লেপলি তুম্বক তুম্বক
শিবা হিংবই খেন্নবা লৈত'
মহে হৈরুবই চন্নফম খঙদ'
লন লৈরুবগী কান্নফম ফংদ'।
কোয়চৎ চৎলি য়োৎকী মী
য়োৎকী থম্মোয় পাল্লদুনা
অহেবা য়োৎকী মূর্ত্তিদুনা
লৈরম্বা পূন্বা নৈখায়রদুনা
তাহল্লি মীকপ মীরাওখোল মায়কৈ মরিদা।
কায়নবা শেৎনবগী অব্রাবা সুর
লানজদবা কয়াগী মীকপ খোঞ্জেল
ওৎপী নৈবিবগী তেংথাখোল

খোঞ্জেল ময়ামদুনা পুন্নগা ওইরক্লি
অঙকপা, অকিবা মালেম অমা।
তুরোই ঙাম্লোইরবা জীব কয়া
পাম্বৈ লৈজদ্রবা তোল্লবা কয়া
জ্ঞান লৈন লৈনমক শীজিন্নফম খঙদ্রবা
বুদ্ধি লৈন লৈনমক চন্নফম্মু লৈত্রবা
নীংবা কায়না তারি মালেমথক্তা।
ফজবা অথীবা চপ মান্নে
খঙদবা মাগী মফমদদি
খঙদবা ময়াম অমা পুন্দুনা
মাঙহনগ্রে নুংশিনবই মরী
থদংগ্রে তার থম্মোয় বীনাগী।
লোয়ননা লেপগ্রে কুমগী নোংহৌ
কুমগী নোংহৌ লেপখিবনা
মতমগী য়াওল হোংলকলে
জীব পানবা মাঙশিল্লক্লে
মনা মশীং কংশিল্লক্লে।
মনা মশীং কংখিবনা
জীব পানবা ঙাওরক্লে
জীব পানবা ঙাওবনা
অফং অফং চানরে
অউ অউ তাইনরে।
ঈগী নোংমংসু মংলকলে
ঈগী নোংলেন চুথরে
ঈগী ঈচেল চেল্লক্লে
ঈগী ঈপাক ঈহৌরে
পৃমঙাঙ ঙাঙলে মালেমসে।
লুপফেৎ লুপফেৎ তৌনা তৌনা
অককপা কোকয়াম তাউরক্লে
তোংশা মপৈ উরকলে

মালেম লৈমা লৈকোলনুং
ঈগী ঈচেল নাইরক্লে।
ঈগী ঈচেলনুংদুদৈ
কোকয়ামদুনা লাউরক্লি
'ইপা অমত্তই মচানিকো নঙ
ইমা অমত্তনা পোকপনিকো নঙ
মাঙহল্লেদো নখুৎমক্লা ঙসিদি
মাঙলেদো মালেম লোইরেদো।'

তাং ২৮/৭/৯৫ ইং

## লাক্লসনু মহাপ্রলয়

ইমা!

পলেম ওইবী ইরমদম!
মতম ’মগী নীংতম্বা
ইচম চম্বা পুন্সি মরেল
নীংশিং ইপোম লাংন লাং
মিৎলু পিরাং থিংঙমদে।
লাইরিক হৈবই চাংসু হেল্লে
চাওখৎ খোঙথাং য়াঙলে হায়নৈ,
থম্মোয় থম্মোয়দি লাপ্লখরে
অচুম্বই মমিদি শামজিল্লকলে।
নিংথৌনা লৈবাক শেম’ঙমদ্রে
মশাগী প্রজা ঙাকপীদ্রে;
ঈথক ঈরাংদা তাউরিঙৈ
ঐতগী ঐতগী শেন্নরিঙৈ
মশাই মথৌ পুম্বা কাউরে।
মশাই মথৌ কাউবদই
প্রজা ঈগ্লাং হৌরক্লে
লুচিংবা ঙাক্তা থোরক্লে
মীহাৎ মীপুন তোয়রক্লে।
লুচিংবা মশেল হাৎনরে
অফং অফং মাঙহল্লে।
লুচিংবশিংগী নৈফম প্রজানি
লৈঙাকপগী তাইনফম প্রজানি

ওইরে নূং অনীগী মরক্তা হা
লাইবকথীরবা প্রজাশিংদি।
প্রজাগী পাম্বে লৈজদে
চাওখৎ লম্বী য়াৎ'ঙমদ্রে,
মবূক হাপলে চরী তৎলে
হিংনবই মায়োক্লবা ৱারে
চরাম্নরবা মচাশিং
অফং অফংবা চাসিল্লে
লাকঙম ফাঙমদ্র' প্রজা ওইনা
হিংনবইতা খল্লকলে।
জ্ঞান তানহৌদবনা মরম ওই
খন্থবই শক্তিদি লৈরক্ত্রে।
মীওইবই শাজৎ লীচৎতই
থাপ্ন থাপ্ন থৈদোক্লে,
মীহাৎ মীপূন পাম্নরে
ঈ উরগা পেন্নরে।
প্রকৃতিগী খূদোল পূম্ববু
মরু ফংনা মাঙহল্লে।
ককথৎপা, কোকথোকপা, মাঙহনবা
মখোয়গী লেপ্ত বা মথৌনি।
থিংবিনবা কনা লৈতে
খাম্বিনবা কনা য়াওদে
মপু পান্দ্রে লৈবাক অসি
মপুই মপু, মপু ঙাক্লি,
অমনা হায় অমনা তাদে
অমনা তাকপা অমনা ইন্দে
অফবদু ফত্তবনি
ফত্তবদু অফবনি।
অদুনা ইমা ঙসিদি
প্রকৃতিসু শাউরকলে
খোংনা লাউনা ঙংলকলে

মশক থোক্না উৎলক্লে।
মপুগী অরোইবা মহাপ্রলয়
লাক্লসনু মালেমদা।
মতম অদো অপোকপী
ফজবদো, অমেঙবদো
নীংথীবদো চমজবদো
থাজনবদো নোল্লুকপদো
মকালাম্বা মায়থোংদো
থব্রায় তাবা মীনোক্তো
মেন্নবদো অৱাৎ-অপা
ঐগী মীগী খায়দবদো
ইপা ইমাবু নীংজবদো
মথক মখা নাইনবদো
লমচৎ ব্যবহার থৌগল্লোন্দো
নোল্লুকপগী মতৌদো
কাউঙমদ্রবা মচাক পূম্বদো
পাউদমফমদি লৈতনা –
থম্মোয় থম্মোয়দা ওমদুনা
চৎপা তারেকো
হন্দকী মপোক লাংওলদি
মাঙজরেকো অপোকপী
মাঙজরেকো মাঙলেদো।

তাং ৩০/৭/২০০৪ ইং

## লৈনমদুদি লৈহৌরি

য়োমখিবনি ফিগাউদুদা বোকুল লৈরাং
অমমম অমমম খূনখিবনি মতম চঙনা
　　ঈচেলদুগী তোর্ব্বান্দা।
পূক্লীংগী আশা শাগৎচবা মঙলানলক্তা
　　য়োমশিনখিবনি ইনফি ফিজিদা
　　　　অদুঙে কোরৌনা নোংপোক চীংয়াদা হাইগৎলকপদা।
তোর্ব্বানগী চাংজৌ ব্রা ঙাঙলকই
　　ঈথক ইরৈদুসু মরোল খোরকই
নাপী শীংবি উপাল ব্রাপাল
　　ঐবু উবা পোৎশক খূদিং
　　লোইনা মরোল লোল্লকই,
পল্লেপফম খঙদ পূক্লীংনা চিংলবা
　　ব্রাখলনা চৎখখি অনীংবা লম্বীদা
ফিজিদা য়োমলিবা বোকুল লৈরাং
　　শরা শন্না চাইথোকখি,
অব্রা অনা কাউথোকখি, লৈনমদুদা ঙাওজখি
　　চেন্না চোংনা শান্নখি।
লৈনম্মা হারবা ইনফিদু শন্দোকখি
　　পরেং লেংখি অমমম খূনগৎতুনা
　　শিজিনখি ঙক্তা, খূত্তা, পাম্বোমদা
　　চাইশিন্দুনা শান্নখি হকচাং পূম্বদা।
মোল্লবা নাপীথক্তা বোকুল লৈরাং লৈরক্তা
　　ওন্দুনা শান্নখি কোরৌ মঙাল লাংলকপদা,

লূপশিনখি পূক্লীং হকচাং অনীমক অমতা ওইনা
স্বর্গ ওইখি মিকূপ্তু –
মঙলানগুম কোয়না চৎখি ঐগী পূক্লীং।

অদুবু –
ঙসিদি তারমদাই কোরৌনা মমি শান্নক্লবসিদা
নোংচুপ চীংয়া পাংলক্লবসিদা
পূক্লীংগী বোকুলসু খুইথরমলে
ঈচেলদুসু কংশিল্লমলে।

তোর্ব্বান্দুদা চৎচরুই, হান্নগুম্না চঙজরুই
পোৎথাফম্বু লৈরমদ্রে, অশংবা নাপীদুসু কোক্লমলে
অমোৎ অকায়না থল্লবা, ফত্ত হৌদিনা য়োল্লবা
পাপকী মশক ওইরবা
মফম অমা ওল্লম্লে।

মশা মরেং তুকথরম্লে, থব্বায় ওইবা বোকুল লৈরাং
হান্নগুম্না খীকথরমদ্রে, নুংশিবা লৈনম লোয়ননা
মশাগী ফিরেপ কায়রমলে
মনা মশাসু য়ানথৎপিরে;

অকিবগী মশক ওইরম্লে
তম্নলাইগুম তূমিন লেপ্লম্লে
ঐগী ফিগাউ য়াজরুবা, অরেম্ববু ওইখরে
খোঙফম হন্দোকপা তাখরে
থম্মোয় কায়না হল্লকলে।

অদুম অদুম ওইনসু
ঐগী ফিজি ফিনৎদি
লৈনম অদু চূহৌরে,

তনৌ তনৌবী লৈশকতূসু
ইমিৎসিদই মাঙখিদ্রি–

মাঙবা তাবা লৈত্রবা, লৈশক লৈচু অদুবু
থম্মোয়নুংদা য়েকতুনা, পুন্সি লোমজখ্রগে
কোরৌনা লৈথরক্তুনা মালেম মম্লক্লবদা
লৈনমদুনা চূহৌরবা ফীজোলদুবু শেক্তুনা

ইয়ুম লমদম পাংলগে।
অকংবা বোকুল লৈরাংসি
অমুক তেকখৎপা ঙাইরুগে।
তাং ৩১/৫/২০০১ ইং

## নোকসি পেন্না ঙসিদি

থাজৈ থম্মোয়সিনা
থাজদুনতা লৈজৈ
'নৈর নৈরগা অমৃত থোকই,
অমর ওইখিনি নোংমদি
অমৃতদুনা খীকপদা।'
অদুনা ইমা! পুকতল্লী মালেম!
খ্বাইদগী হেনবী নুংশিথোইবী!
লৈরিবসিদি নচা কোটি কোটি
নোকউ মায়থোং মকালাম্মা
নোকসি পেন্না ঙসিদি।
অৱাং নোংপোক খা নোংচুপ
মায়কৈ মরিগী সনথোঙদা
য়েংউ লাক্লিবসে নচা লীশীং লীশীং
সুর অমত্তগী ইপোল্লক্তা।
লোল মান্নদ্রবসু ফীজোল খেন্নরবসু
শকফম কুচু তোঙাল্লবসু
শেম্বিরকপা হকচাং কায়াৎতি
চপ মান্নেনে ইমা।
মচু কয়াগী লৈরাংনা
লৈকোলগী ফজবা উৎপগুম
খেন্নবা কয়াসিনা শেল্লি
ইমাবু থোইনা লেমজনফম।

ইমাগী তম্বাক্তা শান্নজে নচাশিং
মাগী মাগীতা ওইনীংনা মুন্নজে নহাকপু
অদুনা খৎনৈ, ফুনৈ, চৈনৈ।
তাসসু ঈখেংসু, ফংসনু চৈনাসু
হৌনবীনি তাইবঙপানগী,
অব্বা অনা য়াওদনদি
করম ফংগনি অঙ্গীংবা নুঙাইবা?
যুগসিদতা নত্তে থোক্লিবা কয়া
পাদুনা য়েংসি থিদুনা য়েংসি –
ত্রেতা যুগতা লমহেনবা নচা রাবণ
মথক মখা ওনখি
মালেম তংখায় অমা
সীতাতবু তান্নবদা।
দ্বাপর যুগতা ঙকচাউ থেকপা দুর্যোধন্না
অব্বা অনা থোকহনখি মালেমনুংদা
কল্লকপদগী পাণ্ডব মঙাতবু।
মীওইবগী থৌনা লিংজেল
লোৎলম্বা লৌশিং
উৎথোরকই অব্বাবা থেংনবদা
মদুমক্লা ওইহৌই
যুগ অমগী ‘তমজনফম’
মদুমক্লা ওইহৌই
যুগ অমগী ‘ব্বারীনফম’
যুগ কয়াগী ব্বারী শীংবুলদুনা
ওইরি ঙসিগী লৌশিং মৈরা।
যুগ অসিগী ব্বারী শীংবুলসু
ওইসনু খুৎলাই যুগ অমগী।
পূম্নমক থোকখ্রবসু, পূম্নমক ওইখ্রবসু
থোরক্কনি মশেক্তুদি মমৈথংদা
অচুম্বা কৌবদুগী;
মদুতনি ঙাইরিবা মালেমগী মীয়াম্না।

ঝাখলগী লংলাদা কিরিবা কিসি
ওয়না লৈবা পরে য়েংনা হন
য়েংনা লৈবা পরে ওইনা হন,
কিসি থোকমিন্নবা হোৎনরি
চেৎশিনখিদ্রিঙৈ অমুক্কা হেন্না।
লৌশিং তান্নরিবা নচাশিংবু
অপূনবগী হার চাইদুনা
মখোঙ শোন্ন শোন্নগা
থিরকখিনি মখোয়না নোংমদি শোয়দনা
ঐগী য়ুম, ঐগী ইমা ইচাগী ঝাংমদা লৈবা
অখূবা মফম অমদগী অপাকপা মফম অমা।
অদুনা ইমা! পুকফবী মালেম!
খ্বাইদগী হেনবী নুংশিথোইবী
লৈরিবসিদি নচা কোটি কোটি
নোকউ মায়থোং মকা লাম্না
নোকউ পেন্না ঙসিদি।
তাং ২০/১০/৯৯ ইং

## নুমিৎ তাশিল্লক্লে

কনানো কৌরিবা ঐবু
নশক্তি উদনা —
শকখঙদবা, লাকখো লাউ অমুক্তা
লেপ্লখো ইনাক্তা
পাল্লিবদো হায়রমখো নহাক্লা।
নশকসু উদে নমিংসু খঙদে
লৈফমসু খঙদে, কদায়দনো নঙবু?
কোরৌনা লৈথরকপদগীনি
খোঞ্জেলসি তত্তনা তারক্লিবা
নঙনা ঐবু কৌরকলিবা।
হৌজিক্তমক মিৎ শিংলক্লি ঐদি,
ঙসিতমক খঙলকলি ঐদি
নুমিৎ তাশিল্লক্লে হায়বসি
নুমিদাং ওইশিল্লক্লে হায়বসি।
ঝারে য়াম্মা ঝারে ঐ
লমথুংফম য়ৌহৌররোই খনবদা
নুমিদাং ওইশিল্লকপসিদা।
অঙনবা অয়ুক্তা মাঙহনখিবা পূম্বা
কয়াদা পাম্মুরক্লবা থেঙজিল্লক্লবসিদা।
সূগদবা হীসাবকী বোইদি
মশীং থী'ঙমদ পৈরি,
মঙলাক্লবগুম তৌরে, স্বর ফুললে
নুমিৎতি তাশিল্লকলে

হল্লো হায়রক্লগনি যুমদা
হল্লো হায়রক্লনি শোয়দনা
কমদৌনি, নুমিত্তি তাশিল্লক্লে।

তাং ১০/৩/৯৮ ইং

# অনৌবা য়েন্নীংগী আশা

ৱাকচীংগী থাবলদা

ষীকথরক্লি নঙগী উনাশিং

য়েন্নীংথাগী য়েন্নীং নীংশীংনা।

ফজবা থাবলনসু

নীংথীবা অহিংনসু

অঙ্গংবা ৱাহৈনসু

পিরাং কয়া উৎতুনসু

পেৎহনবা ঙম্লরোই কনাবু

নূং ওনখ্রে থম্মোয়শিং।

ঙক্লমগনি নঙ, ঙক্ত্রা?

পিরাংসে, মীনোকসে

মিৎয়েং নায়েংসে।

খঙদ্রা নঙবো —

মৈরিনা কোয়রি'সে

মায়কৈ নিপানসে

মৈখূনা মল্লি'সে ?

অশংবা পামেলসে

ওল্লকলেসে হিংচাবা

নীংথীজবা শাবী শানৌ

নুংশি ৱারী শান্নরিবা

ওন্থোরক্লে তু হিংচাবা হিংচাবী

ময়াসে, মমিৎসে

কিদ্রা? নঙ কিদ্রা?

হৌবগা লোইবগা তাইনফম খঙদ্রে
মকোক মমৈ মখোঙ হুক্রে
ওন্ন-তৈনরে পূম্নমক ঙসি।
অদুনা, তারিবরা ব্রাকচীংগী থাবল!
চৎলো নঙসু মফম অমদা
খঙদ্রবা মফম অমদা।
হে লাইওইরবা খোংনাং পাম্বী!
মীওইবদি মী ওইদ্রবনি
মখোয় পূম্বা শা ওল্লবনি
শিনা শিননি চৎনরিবা
মী নত্তে উরিবা, শা ঙাক্লি।
লাক্লরোই অমুক য়েন্নীংথা
হুল্লরোই অমুক অনৌবা য়েন্নীং
নীংশীংলুরনু হুল্লরোই।
তাং ৩/১২/৯৮ ইং

## পোলোই অসিখক্কীরা

নীংতম ফীরাল অদুমক
তানজরকপা অদুম্মক
পাইররি ইমাঙদা খুদক্তা
অতিয়াগী মখাদা।
হাৎন-শুন লেপখরে
হরাও হরাও চেনখরে
ফীরাল মায়কৈ তমখরে।
অহিং নুংথিল খায়দনা
তম্ফম চাফম খঙদনা
ঙাইজরকপা অদুমক
লেপ্লিরমলে ইমাঙদা
অপনবা অমতা লৈতনা।
অদুবু —
পায়বা হানবা তান্নরি
নীংতম ফীরাল মুন্নরি
ময়াই কানা চেনশিল্লি
'ঐগী ঐগী' লাউনরি।
অমুক হন্না য়েংউসে —
ফীরাল মচেৎ তাখরে
মুন্নবদা শেগায়রে,
থানরে খূৎলায় অমনা অমদা।
য়েংউনে অসে উরেসে
মখোয় মসেল হাৎনরে

ফীরালসে খোঙনেৎনখরে।
থবাক ঈরম ফাৎনরে
য়াইবী থবায় লৌনরে
অহিংবা অমত্তা য়াওদরে।
কুমজা কয়া কয়া চঙনা
লৈবাক ঈরাং হৌ'মখে
কাংখোং হেক চাইমখে
তানজরকপা নীংতম ফীরাল
অসি থোক্লবগীরা?
পোলোই অসিখক্কীরা?

তাং ২৩/৮/৯৮ ইং

## হয়েংদি চহী হৌবনি

য়েনবীনা কপ্লি মচাবু কোল্লি
নিতিগী মতৌগা খেন্ননা লোয়নৈ
য়েনখোং তম্বা মতমসু শোয়রে
তুফক তুফাই চল্লি ঙসি।
মচানা মুন্না মুন্না য়েংজৈ
'করিনো ইমা' তত্তনা হংজৈ
পাউখুম পীদে থোইনবু কপ্পি।
য়েনবা লাবা চেপ্পা য়েংঙি
"কপকনু কপকনু" থেমজিনবিরি।
মচাগী মশক য়েংলুরগা
তপ্পা মমায় লৈথোকই
মপি লোংলি মচাই মাঙদগী।
মচীন্দদি শোল্লি লেপ্তে
'কপকনু করিগী কপকনি
নঙ-ঐতা নত্তেনে
থংনবগী ওক অনীদো
থম্মোয় শোকনা কপহৌরি
কনাদবু দষা তারগবা হায়না।'
মমাগী মমায় য়েংলম্বা য়েন্নাউ
মপাদা চঙদুনা হংঙি ঙক্লা
'করিনো বাবা কৈদৌরে
ইমাসু কপ্পি বাবাসু কপ্পি?'
মঙক ব্রাংনা থাংগৎলি য়েনবা

অতিয়া তম্না য়েংখৎলি
মমিংকী মপি থিংগৎলি
"হয়েং চহী হৌবনিনে
পারি নঙবু চাউদ্রিবা।"

তাং ৯/৬/৯৪ ইং

## মী কৌথিদ্রা

মায়কৈ অমরোমদা
মপাল নাইদ্রবা ঈপাক
        কংফালদনা য়াইতল্লবা মৈরী,
মায়কৈ অমদনা
        শাফূ কল্লবা নোংলৈ
অখাক অরাউগা শাগোন্নরিবা
        কল্লবা নোংজু
মায়কৈ অমদসু মীহাৎপগী লেপ্পুবা লান
        অফং অফংবা ককথৎপদা নৈহৎপদা
        পি মরীক অমত্তা তাদ্রবা
                শংত্রীক য়েংলিবা ঈ কারবা মমিৎশিং!
শিনিংদবনা চেল্লুই, থৱায়গীদমক —
লৈতে চেনফম মায়কৈ মরি
উনা উনা ওল্লকই শকফম
        শোইনাইরক্লে লোয়না হকচাং-কয়াৎসে
        লেঙ-ওৎপা ঙল্লমদ্রে ইখোঙ, ইখুৎ
        মান্নদ্রে মহৌশাগা।
চানীংলকই শদোং —
চীক্লীংলকই শরূ-শয়াং
ঈখেং তা'মখে হন্না হন্না;
ঙংনীংলকই অকনবা শব্দদা
        শাংদোরকই খূজিল, কাপথোরকই শাংনা
'ঐবু ঐ ওইরিব্রা' খল্লকই অমুকসু

'ঐবু মী ওইখিদ্রা' য়েংজে ইথন্তা
মী কৌখিদ্রা ঐবু হৌজিক
মী কৌখিদ্রা?
ঐবু মী কৌখিদ্রা?

তাং ১/১/২০০২ ইং

## তম্ফম ঙাক্লি

লৌফম ঙাক্লি তম্ফম ঙাক্লি
মপুনা পীবিবা ইঙ্গিত ঙাক্লি
    মৈদগী করি লৌনিংঙাই লৈরি?
    ঈশিংদগী করি ফংনীংঙাই লৈরি?
    নুংশিৎতগী করি তম্লীংঙাই য়াওরি?
    উপালনা করি তাকপীরি?
মালেম লৈমনা করি পান্দম লোৎলি?
    মীচং সঙ্গন নাইদবা
    ঐগী মীগী খায়দবা
    অচৌ পীশক লৈতবা
    অখাঙ কনবা লেঙদ্রবা
    অমত্তা ওইবই লীচিং অমা
        ফংব্রা য়েংসি
        থিদুনা য়েংসি।
লৌজনবা, তমজনবা, ফংজনবা, খঙজনবা
মহৈ য়ানবা মপোক ওইনবা
তাইবঙ মপুনা উৎপিবা ঈথিলনি
পাউখোঙ ওইনা পীবিবা পাউমেলনি।
    লাউ পারি ইমোম য়োইহেনবসা!
    মালেমগী থৌদাং লৌরিবসা!
    মপুগী পাউখোঙ লৌ'ঙমদা
    তাইবঙ পূক্লীং ফাঙমদা
    অমম্বদা চঙলুনু

অমোৎপদা কূমলনু
অপাকপা অহাঙবদা চৎলু
ঙমখৈ নাইদ্রবগী ঈপাক্তা য়েংউ;
কিসি থাংলম্বা পরৈ হনসি
অমম্বদগী থোরক্লসি
লৌফম ঙাক্লি, তম্ফম ঙাক্লি
মপুনা পীবা ইঙ্গিত ঙাক্লি
লৌশিনসি, তমশিনসি, শেমগৎসি।

তাং ২৭/৩/০৫ ইং

## কপ্লি পাম্বে লৈত

হৈবী অখুইবগুম খুইরবা
ইমাগী উনশা উরুরগা
পাউখোঙ কয়া থোরকই
লেমহৌরিবা পুন্সিদা।
শদোং য়াওদ্রবা ইমাগী খুবোম
উন্তনা কূপ্লবা ইমাগী পাম্বোম
ফোংদোকফম খঙদ্রবা নীংঙমদবা মায়থোং
অর্থনা থল্লবা অৱাবা মীৎয়েং
চাংদম্মিংলুই মতম'মগী ইমাদুগা
ঙসিগী মিৎমাঙদা তারিবা ইমা'সিগা।
মপূং ফারবী ইমাগী মায়থোং
চোনজোন তাবা ইমাগী খজাই
কোয়রাউনবা ইমাগী মিৎফম
মকা লামজবী ইমাগী মায়থোং
পুম্নম তাবা পাম্বোম খুবোম
মপূং ফানা নিংথীবী ফৈবোম
মালেম্মু জয় তৌগে মতাগুম্বী
নোম্বদা অকিবা লৈরমদবী
ঐগী ইমাদো নুংশিথোইবী
ঙসিদি তারি ৱা ঙাঙদনা।
অসি ওইরমালে পুন্সিগী অর্থ
পাউখুম ওইরমালে ফোংঙমদ্র' পাউখোঙগী।
উজৌ হায়না পীবিরিমালে

খঙজৌ হায়না তাকপিরিমালে।
শদোংনা থল্লিবা ইশাগী পাম্বোম
মপৃং ফারিবা ইশাগী খুবোম
উরুরগা চাংদম্নরি অরিবগা অনৌবগা
পুন্সিগী থম্মাথক্তা ঐনা লেপ্লগা
অদুগা কপ্লি হায়ফম খঙদ
পাম্বেসু লৈত কপ্লি লেপ্ল নাইদ'।

তাং ২৩/১০/৯৭ ইং

## উরুবদা বোকুল মপাল

ঈরক্তা য়াতারিবা হকচাংশিং
উবদা —
শিন্থবা ঙমদ্রে মিৎলুদগী পিরাং
ঈহৌহনবসু ঙমদ্রে অমুক হন্না
        মীবু মীনা ককথৎ-য়ান্থৎপদা।
অদুগা করিগীনো শিন্থরিবা ঙসিনা
        উরুবদা বোকুল মপাল
        করিগীনো অসিবু
        করিগীনো?
হৌখ্রবা পুন্সিনা য়ৌবা ঙমদবগীরা
য়ৌজনীংবা পন্থুং?
পাঙথোকপা ঙমহৌদ্রবা ইথৌদাংগী
        নীংঙমদ তেংথারা থম্মোয়গী?
মতম অমা —
কয়াদা নুংঙাইজখিবা
অঙনবা অয়ুকপু উরগা
অদুগা —
        ঙসিনা করিগী কপ্লিংলিবা?
নুমিদাংৱাই নুমিৎনা চীংয়া থাংলকপদা
        করিগী চৈনা ফাওরিবা থম্মোয়দা!
নোক্কে খনবদা ঙমদ্রে নোকপা,
নীংখায়রবা মিৎলুগী লৌনম্বাল লান্না
চেন্থরকপা পিগী ঈচেলনা

শীল্লে ঐগী মায়থোং;

করিগীনো থম্মোয়সিদা ফাওরিবা

হায়ফম খঙদ্রবা অৱাবা

বোকুল মপালবু উরগা?

ৱাহংনি –

ৱাহং ঙাক্লি পুন্সিসি।

পাউখুমাদি ফংদ্রি ঙসিসু

পাউখুমদি ফংদ্রি।

তাং ২২/৬/৯৫ ইং

## ঈ চূপ্পবা য়াই

মায়াগী ঈপাক্তা তাউরিবা মীওইব-ও!
মোৎলবা ঈরোম্নুংদা পুৎথরব-ও!
ফাওগৎলকপা ঙমখিদ্রা নঙবু
কংফালগী অশেংবা তাইবঙদা?
নহাক্না হল্লকপা মতমদদি
কোরৌনা লৈথরক্লবদি
কহা মাঙ খুজাই কায়
ওইজবা লোইনা মাঙলনি।
শেমগৎপা নংলরোই মতমদো
খুৎচাবী লোয়নবী অমা
শেমজবা অমুক ঙম্নরোই
থম্মোয়শেংনা নুংশিবা ইচা।
ওল্লকপা য়ারি নপারি নমোমশিং
তমথীরবা মায়া মরিচিকা
ঈ চূপ্পবসু য়াই নথবাক শেগায়দুনা।
ওইথোক্লোইদবা কয়া ওইথোক্লবা য়াই।
মতমসিগী পুংলোনগী তুংইন্নদি
ইথা থাজদনা ওইরবা য়াই পুম্নমক
ঈ চূপ্পবসু য়াই নথবাক শেগায়দুনা
ঈ চূপ্পবসু য়াই।

তাং ২৪/৫/০৫ ইং

## নঙদি ঐগী বিধাতানি

য়েক্লবগী শক্তম লৌদুনা
ইকাই মৈশা লাংহন্দুনা
থম্মোয় মৈচাক পীবিরম্মী
হন্না হন্না চৈথেং ফংহল্লম্মী
ৱানা লেনখি ঐগী পুন্সি।
অদুবু নঙনা ঐবু ৱাহনখিবা
মৈ ঈকপগুম থোকখরে,
পুন্সি লম্বী অমদি
য়াৎপিরম্লে নহাক্লা।
খঙদনা লৈরুবা অসুক কুইনা
'অৱাবই তুংদা লাকই
নুংঙাইবা নৎত্রগা মায়পাকপা'
তাকপিরম্লে তশেংনা নহাক্লা।
খঙহনবিরম্মী সিমসু —
অৱাবগা মায়োক্লরবা মতমদা
ফংঙি লোৎতুনা লৈরম্বা থৌনা লিংজেল।
অসিমসু খঙহল্লম্মী
'অচুম্বতনা জয় ওই।'
অদুনা ঈহৌরকখি কবিতা
লোইনাইদবা ঈফুৎ ওইনা
থোরকখি অনৌবা ঈনোৎ
নহাক্লা পীবা চৈথেংদগী।
থাগৎচে থম্মোয়না ঙসিদি

মায়থীবদই কনবিবগী।
অকিবসু লৈত্রে পুন্সি লানফমদা ঙসিদি
খূত্তা খূৎলায় য়াওদ্রবসু।
খঙলে পুন্সিগী অর্থসু
ইশানা ইশাবু থাজরে।
ইকাই খুম্নজরি নহাক্কী আত্মাবু
হে অহোংবা পীবীরম্বা!
য়েক্লবগী শক্তম লৌবিরম্বা!
লোৎলম্বা থৌনা চিংথোকপিরম্বা
ঐগী বিধাতানি নঙদি।

তাং ১৯/১২/৯৭ ইং



শ্রীমতি ভানুমতি দেবী শক ১৯৪৮গী অক্টোবর থং ১২দা শগোলবন্দ শয়াং পুখ্রি মপাল্দা পোকখি। ইপোকপগী মিংনা সঙ্গেনবম নদীয়া সিংহনি। ইপোকপীগী মিংনা ইবেমাপিশক দেবীনি। য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী থৌনা সাহিত্যগী লমদা খোঙ্চৎলকখি। শৈরেং খীরা অমদি রচনা ইবনচিংবগী কম্পিটিসনদা শরুক কয়াবক য়ারকই, মনানচিংবা কয়না ফংলকই। হৌজিক য়ুম্নাকবগী লম্বীদা খোঙ্চৎলদুনা অঙাং অহুমগী মমা ওইরে। মচানুপী অমা অমসুং মচানুপা অনীনি। মপুরোইবগী মিংনা শ্রী লাইশ্রম ধবল সিংহনি। অইবী অসি ইচৈশেগী, ধর্মগী অমদি সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগী মেম্বর ওইদুনা সমাজগী সেবা তৌরি।



ISBN 81-89101-13-7

রাইটার্স ফোরম, ইম্ফাল

লুপা ৮০/